# ফীজোল হোংলসি ইমা





ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর

*ইরমদম মীয়ামগী অপূণবা খোঞ্জেল লূপ*

অরাং পোংশংবম

# PHEEJOL HONGLASI EMA

## (A collection of 71 poems)




অইবী :- আরঃ কেঃ সনাহনবী চনু

[illegible] :- সনাতোন রাজকুমার, লুৱাংশংবমদা লৈবনা
"ইমাখোল"গীদমক ফোঙজবা

অহানবা ফোঙবা :- জানুৱারী ১৭/২০১০, (নোংমাইজিং)

ফংফম থোকপা :- অইবী

মখুম :- বুধি আর্টস
খুরাই লম্লোং কৈথেল

মমল :- লুপা ৯৫/-

কপি মশিং :- ৫০০ (চামঙা)

ফংফম :- ১) অইবী মশাগী য়ুম, লুৱাংশংবম মখা লৈকাই
২) ইমাখোল, অৱাং পোৎশংবম
৩) পেত্রিওটিক ৱাইর্টস ফোরম, কৈশামপাৎ
৪) অফোঙবগী দুকান (য়াম্লুং ভেরাইটি ষ্টোর)
লিবরেল কলেজ গেট, লুৱাংশংবম

নম্ফম :- লৈমহল প্রেস,
খুরাই লমলোং কৈথেল

# "কংচবা"

"মীওইবা, ইরমদম অমসুং
মালেম ইমাবু নুংশিবগা লোয়ননা
থম্মোয় শেংনা য়াইফ শিন্থা
পাঙবীরিবশিংগী মফমদা"

## জেনেরেল সেক্রেটরিগী ৱারোল

ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোঞ্জেল লুপ (ইমাখোল) লমদম অশোমগী অইবা অইবীশীংনা পুন্সিন্দুনা শেমজবা সাহিত্যগী লুপ অমনি। লুপ অসিগী মপূং ওইবা পান্দমদি ইববু পামজবা মীওইশীংবু ইহনবা অমসুং মখোয়গী অইবশিং মীয়ামদা য়ৌহনবা অসিনি। পান্দম অসিগী মখাদা ইমাখোল পল্লীকেসঙ্গনা ৱারীমচাগী লাইরিক ৬, শৈরেং লাইরিক ১৪, প্লে ২, পাউরৌ পাউতাক ২, গাইদ বুক ১ পুন্না লাইরিক ২৬ মীয়ামদা য়ৌহনজখ্রে। হন্দক পুথোকচরীবা "ফীজোল হোংলসি ইমা" হায়না মীংথোনবা আরঃ কেঃ সনাহনবীনা ইবা শৈরেংগী লাইরিক অসিনা পল্লীকেসঙ্গ অসিনা পুথোকচবা ২৬ শুবা লাইরিক্নী। আরঃ কেঃ সনাহনবী মীতৈ ইরোল, ইয়েকপু য়োকখৎচনীংবা অমসুং থৌদাং চাউনা লৌরকখিবী অইবীনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী শৈরেং-ৱারেং ইবা হৌরকখি। পুন্সিগী করিগুম্বা তাঙ্কক খরদা নীঙহন্নবা অরানবা ৱাখলনা লমজিংদুনা মশানা ইজবা শৈরেং-ৱারেং কয়ামরুম মাঙহনজখি। ৱাফম অসিমক অইবীগী মফমদগী তাজবদা ওম্থোক্লা পাম্মূজখি অমসুং মতুংদা অমুক হন্না মাংহন্দনবা হায়জখি।

আরঃ কেঃ সনাহনবীনা মশানা ইজবা ঈশৈগী কেসেট অমসু পুথোকখ্রে। বেঙ্গোলী ময়েক অমদি মীতৈ ময়েক্তা ইবা লাংওল-লাংতাই কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমসু পুথোকখ্রে। হন্দক্কী ফীজোল হোংলসি ইমা হায়রিবা শৈরেংগী লাইরিক অসিনা অইবীগী মশানা ইজবা অহানবা লাইরিক্নী। আরঃ কেঃ সনাহনবী অমুক হন্না নৌনা সাহিত্যগী সেবা তৌবা পামজনা চঙসিল্লক্লীবী অইবী অমনি। মহাকপু ঐখোয় খ্বাই পূম্নমক্লা তরাম্না ওকপীফম থোকই।

অরোইবদা, ইমাখোলনা পুথোকচরীবা আরঃ কেঃ সনাহনবীনা ইবা "ফীজোল হোংলসি ইমা" হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অসিবু সাহিত্যবু নুংশিবীবা খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা পাবীনবা শিন্নজরি ॥

**তোনজম সরোজিনী চনু**
সেক্রেটরী, ইমাখোল



# ৱাহৈ অমা অনীদং

ঐনা আরঃ কেঃ সনাহনবী চনুবু শক খঙখিবসি মতাং অহুমখক্তনি । অহান্বনা সঙাই এক্সপ্রেসতা ইরকপা মাগী শৈরেং "ৱারোঈ ঈশিং চাইবী" (লাইরিক অসিগী লা: ২২, ২৩ দসু য়াওরী) হায়বসিনি। মতেক অমতং লৌখৎচরবদা — " নঙগী লাইজ ঈৱাই ইনিলনা/ থম্মোয় অসে লৈতাহন্দ্রে/ৱাখল অসে তপহন্দ্রে/ খঙনিংলে নঙবু কনানো ?/ ঈচেলদুনা করি পাউজেল পীরিবা/ ঈরিক্তুনা করি পাউখোঙ চল্লিবা পুৱারীগী করম্বা ঈচেলবু তাক্লিবা ?" মসিদা মাংলমচৎ, হৌজিক অমসুং তুংগী লীকলম পরিংদা ৱাহং কয়া অইবীনা হংদুনা ঈচেলগুম লৈগদৌরি । পাউখুম মতম মতমগী লেপ্তুনা লাকখিগনি । অনীশুবদনা মহাক্কী মরৈবাক নীংবগী ঈশৈ অমা য়াওনা, মতম ঈশৈ ৬ কা পুন্না পুথোকখিবা ওডিও সি ডি কেসেট অদুনি । মতাং অসিদা ঐজ্ঞা জয়ন্ত কুমার শর্ম্মনা তত্তনা হায়খিবা "ঈশৈ ময়েক্তি শৈরেংনি, সুর পান্দুনা শক্লগনা ঈশৈ ওই" নীংশিংদবা ঙমদে । সনাহনবীগী শৈরেং অয়াম্বা তশেংনমক শেমদোক শেমজিন ৱাহৈগী থম্ফম খর হোংদোক্লগা ঈশৈ ময়েক ওইবদা ফজবা লৈচলশিং ওইগনি হায়বসিনি । খবরদা মাগী শৈরেং কয়া পাবা ফঙখ্রে । হৌজিক্লা লাইরিক ওইনা পুথোকপনি । মসি কবিত্বগী শক্তি অদু উৎথোরকপনি । অহুমসুবদনা ইমাখোলগী ৱারী মচাগী খোমজিনবা লাইরিক্তা মাগী 'চাকয়োম পুবী অঙাওবীদো' অসিনি । ঐহাক মিংথোল ওইবা শৈরেং "ফীজোল হোংলসি ইমা (লা: ৭৭)" দা ফাওরকপা থম্মোয়গী পাউদম অমত্তং থমজগে । মসিগী অহানবা পদনা পামদবনি, অনীসুবা পদনা কবিগী অপাম্বদুনি । "নুংশিবী

ইমা মালেম লৈমা/অঙাংবা চরৈ শেৎপীরনু/অমুক হন্না শেৎলরোইসি ইমা/পকচদ্রে ইমাদা অঙাঙ্‌বসে।" অনীসুবা পদদা

"য়েংবীয়ু ইমা য়েংবীয়ুনে,
ফজদ্রে শংবান্নবা চরৈসে
মেঙনা ঈংলবা পূমনৌ নৌরবা
তমজরকপা খূদোলনিনে নচাশিংনা
নুংশিবী ইমা নঙগীদমক ;
কুমজা কয়াগী তুংসিদা
হোংলসি শংবান্নবা ফীজোলসে
পকচরনি ইমাদা থোইনা হেন্না।" (পদ অনীমক লা : ৭৭)

হৌজিক্কী তংদু লৈতাদ্রবা পুন্সি মরেল অসি কয়াম কুইনা চত্থিনি; অদুবু অইবীনদি তাঙ্কক অসি লোইশিল্লগা অনৌবা ইং তপ্পবা লম্বীদা খোংদাবা হৌরশি হায়না পাউজেল পীরি। পূন্নমক অসিগী মথক্তা সনাহনবীনা কলচরগী চেফোঙ "ইপাক" কী সব এদিটর অমা ওইনসু শাফোঙলক্লি। মাগী ঈথিলদি সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতিবু য়োকখৎপা পাম্বদুনি। মহাক্কুম্বী অইবী অমবু ঐখোয়না তরাম্না ওকপিদুনা ফীদা অমা পিবীফম থোকই।

অব্রাং পোৎশংবম, রাজকুমার গুণচন্দ্র
তাং ২৩/১২/০৯

# অফোঙবগী ৱারোল

ঈহৌরকপা ৱাখলগী ইথিলবু পূক্লীং মানা খূদুম চন্দনা কয়া কুইননো ... থম্মোয়নুংদা অসুম ফ্রুমজিন্দুনা থম্বা ঙমগদবসিবু? অসুম্না থোরকখীবা ঙাক-নত্তুবনে শেংলবা থম্মোয়গী পাউদম কয়া-কয়ানা লোইনশিল্লোনগী শক্লোন লৌদুনা। অসুম্না লৈরমখি অইবী মহাক্কীসু লোইনশিল্লোন মপাউ পুরবা শেংলবা পূক্লীংগী শৈরোল কয়া'মা শৈদম্লদুনা। পাজরুবা মীকুপ্তা ফোঙদোকচনিংবগী অপাম্বা খঙহৌদনা ফাওরকপদগী অইবী অমদি অইবীনা য়াওবীরিবা লুপ "ইমাখোল" গী অয়াবা লৌজরগা "ফীজোল হোংলসি ইমা" হায়না মীংথোনবা শৈরেং লাইরিক অসি ফোঙজবনি।

শৈরেং লাইরিক অসিনা পাবীরিবা ঈরৈচা খূদীংদা অনৌবা ৱাখল-লৌশিং খজিক্তং ফাওহনবা ঙমজরবদি ফোঙজমন মহৈনি হায়না করিসু খঙজদবা ঐহাক্না লৌজগনি।

অরোইবা ওইনা, তুংলমচৎতসু ঈরমদম্নগী লোইনশিল্লোনগী লূরবা চেবাংথক্তা নীংথীরবা শৈরোল কয়া'মা অইবী অসিনা শৈদম্বীরকপা ঙম্বা ওইসনু হায়না তাইবঙ-লৈশেম্বা মপুদা থৌনিজরি।

সনাতোন রাজকুমার

# পূক্লীংগী ৱারোল

ইনিংলকপা ইথিলনা ইশিনজখীবা ৱারেং, শৈরেং, ঈশৈ ময়েক কয়া খম্ভহৌদ্রবা পুন্সিগী মীকুপ অমদা মৈরীদা তাঙ্গোই ওলহনখ্রে। কোন্না ইজরকপা শৈরেং খরা অসি লাইরিক ওইনা পুথোকচনীংবগী ৱাফম হৌদোকচরুবদা ঐনা য়াওজরীবা লুপ "ইমাখোল"গী ইকায়খুম্নজরবা ওজাশিং তোনজম সরোজিনি, চিঙ্গাংবম চন্দ্রকালা, আরঃ কেঃ গুণচন্দ্র, কেশোসিং ইরেংবনচিংবনা হেন্না পূক্লীং থৌগৎপিরকখী। মরী লৈনবা পূম্নমক্কী অয়ারা লৌজরগা অমসুং "ইমাখোল'গী চৎন পথাপ তুংইন্না হান্না নুংতিগী ফোঙবা চেফোঙদা হাপখীবা শৈরেং ৫/৬ য়াওনা লাইরিক ওইনা মীয়ামদা শীন্নজবনি।

খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা বানান, অরান-অহুই য়েংবীখিবী অমসুং প্রুফ লৌবীখিবী "ইমাখোল" গী ইকায়খুম্নজরীবী থৌবুরেল তোনজম সরোজিনী অমসুং য়ায়তোঙবী চিঙ্গাংবম চন্দ্রকালাগী মফমদা পুন্সিগী শীংঙম্নরোইদবা লম্মন তোনশিনজরে। লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অৱাবা কয়া খাঙবীখিবা "লৈমহল প্রেস" কী ইচিন-ইনাওশিং, ইমাখোলগী লূপলোয়শিং অমসুং লাইরিক ফোঙবগী থৌদাং লৌরিবা সনাতোন রাজকুমার পূম্নমক্কী মফমদা চাওরবা লম্মন তোনশিনজরে।

পুন্সিগী অহানবা ওইনা লাইরিক অসিবু মীয়ামদা শীন্নজবা ফংবগী নুংঙাইরবা মিৎকুপসিদা মতীক চাদবগী খনজবদা পূক্লীংদা অকীবা অমসু কন্না ফাওরক্কি। চানবীদুনা অরান অহুই তাকপীরকপা খূদীংমক হরাওনা লৌজগনি।

অহৈবী

আরঃ কেঃ সনাহনবী চনু

# য়াওফম তাকপা

## খুরুমজবা

অহীংগী অমম্বা লোইখরে
অয়ুক্কী অঙানবা য়ৌরক্লে
পোম্বী চেক্লা শঙ্গুনা
য়াকায় শৈরোল শক্লক্লে,
মঙাং চেংলৌ শক্তম্না
মালেম শীন্না ঙাল্লক্লে
হৈরাং লৈরাং খিবীক্লা
মপুগী শিন্থা পাঙলক্লে ।

তাইবং য়ুমথোঙ খুদীংদা
য়ুমলেন কাজাও য়ারিবী
য়ুমদা লৈরে য়ুমলৈমা
শিন্দা তোংলে শিনলৈমা,
লাংওন শাইওন য়াম্বীও
ইশ্বাইফূদা ঙাম্থোইবী
লৈমরেল শিদবী ইমাও;
নচা ননাই য়োক্লিবী
অচৎ-চত্ত নোংদম্বী
ইকোক নোন্না খুরুমজৈ
ঙসিগী শিন্থা থাবিরো ।

মালেম লৈবু লৈশেম্বা
নমু তাইবং শেম্বীবা
ফূহীং সনা পিবারেল
সনামহী ঙৌবরেল

লাংওন মিংথৈ য়াম্বও;
তাইবং য়ুমথোঙ খূদীংদা
শম্ছোং পোমায় লেপতুনা
লৈঙাক্লিবা লাইনিংথৌ,
নচা ননাই নোংদম্বা
খুয়া খাদা চঙজরি
ঙসিগী শিম্ছা তাকপীরো ।

* * * *

# চঙজবা

তাইবং শেম্বা মপুও
নহাক লৈরি হায়বসে
হৌজিক্তদা খঙলক্লে
পুক্সি ঈচেল লেপ্লমদাই
নীংশীংলক্লে নহাকপু ।

শামা পাঙ্গল ফরিঙৈ
অথোয় নাপল মাঙওইনা
অচুম অরান খঙখিদ
লঙজখরে নফমদা
ইরাল কয়া ঐহাক্তী ।

নীংঙমদবা মৈরীনা
ঐগী হকচাঙ কয়াৎনুং
মনিঙ তম্মা চাক্লক্লে
খাঙবা ব্রারে মৈচাকসে
থৌজাল ঈরীক খীকপীরো ।

লাংওন মপোক সীমদি
নখোঙ থম্বাল ফংজবা
ঐগী ইতিক ওইদরে
লাংওন অমত্তা পীবীখো
নখোঙ থম্বাল ফংজগে ।

* * * *

# নঙাল ফংবদা

অঙানবা কোরৌ শক্তম্না
মালেমসে পুমঙান ঙানবগুম
চীংউ খোইয়ুম থৌজালনা
ঙালহল্লে থম্মোয় লৈকোলসে,
মপুগী পাউজেল তাজরে
পুন্সি শিন্থা খঙজরে ।

তাইবংগী কল্লবা লৌনমলাং
অপান্বা কল্লক য়েংথিবা
মায়থীরে লাপ্না চৎখরে ।
নঙ-মা-ঐ খেন্ন মীৎয়েংসু
মাঙখরে পূক্নীং লৈকোন্দগী
নুংশি লীপুন্না পুনখরে ।

তাঙলম্বা ঈমিৎ অনীদা
উজরে শেংল তাইবংপান
পঙলম্বা ঈনা অনীদা
অচুম্বা নপাউ তাজরে,
অশেঙবা তাইবং উজরে
লেঙদ্রবা পম্থুং ফংজরে ।

* * * *

# কংলৈ পিবারেল লৈতবরা ?

কংলৈ পিবারেল লৈতবরা ?
কংলৈ মপুরেল য়াওদবরা ?
কংলৈসে কাংখোং চায়রক্লে
অমম্বতনা লাঙ্গোয় চল্লক্লে
অরানবতনা মায়কৈ শীনখরে ।

মোংবা শঙ্গায় ইংখোল চাইগোয়নুং
লম্বী সোরোক লবুক লমহাঙ
মফম খূদীং মোংফম ওইরক্লে,
তাইবং মীনা শা ওল্লক্লে
ঈখেঙ ঈখৌ লাংনরে
থব্বায়গী মমল লৈরক্তরে ।

মপূরোইবা কায়নহনথ্রবী কয়াগী তেংথাখোল
মপারী মমোম থাশেৎননা মুনবীথ্রবী
উপায় লৈত্রবী পলেমশিংগী মীকপখোল,
পলেম পম্থৌ কায়নহনথ্রবা
মপারী মমোম কয়াগী চৈনাখোল
শিয়োমনুংগী নব্বাগী মীকপখোল
নিল্লেনে পলেমগী তমপাকসে ।

তাহৈদবা, উহৈদবা, তৌহৈদবা
থৌদোক লীশিং লীশিংনা
ইমাগী শক্তম য়েকখীদৌরে
নুপী অঙাং-কা শোক্লক্লে
লৌরী য়ুমফম-কা য়ৌশিল্লক্লে,
থম্মোয় খূদীং ওমচাক্লরে
মতম চানা মৈমুংহৌদ্রবদি
কংলৈসে মৈজাও হৌরক্লনি ।

* * * *

# ইমানা ঙাইরি

ইমাগী পারী অপঙবা
নঙবু তশেংনা তূন্নবরা ?
নত্তুগ,
অনম-অহা চুহন্না
তূমহনখ্রবরা য়াই থাদুনা
নত্তুগা,
মীৎ পাঙনা পাঙনা
মীত্তাঙবা হায়বদু ওইরবরা ?
নঙবু কৈদৌপ্রবগে ?
ইমাদি ৱারেদা
নঙনা মীকপ থোক্লকপা ঙাইবদা ।

নঙগী নতৌসে উরগা
ঐ চামরক নীশিংলক খল্লে
ঐবু নঙগী অপোকপী নত্তুবরা ?
অদুবু ঐ ----
সীমদি তশেং তশেংনা খঙই
নঙ ঐগী ইবুকথোক্কী ইচানি ।
খোন্নাং পীবুক থন্না ইন
চারা চাকইন তম্বীদুনা
ইথানুংদা কোন, ইতমবাক্তা চাউখিবা,
হৈনা খোঙথাং হৈরগা
শামা পাঙ্গল চাউরগা
নমা ঐবু মীরায়রগা

পূক্সি শক্লোন হোংখিবদি
ইমাদি থম্মোয় কায়রেনে ।

চীংগী পারীনা কনানো ?
তমগী পারীনা কনানো ?
অমত্তনিনে ইফমদা
ইমাগী থব্বায় হকচাঙনি,
ইমাগী নুংশিবা ঙসিসু মাঙদ্রিয়ে
মাঙফরোই মাঙফদবনা ।

নঙনা ঐবু মীরায় মীরায়রগা
নঙবু হেন্না হেন্না নুংশিরকই
নঙগীদমক হেন্না হেন্না মিপাইরকই
হায়য়ুনে নঙবু মিকপ থোক্লরোইদ্রা ?
অচুম অরান উররোইদ্রা ?
ইমাগী পিরাংসে তৈথোক্লরোইদ্রা ?
ঙাইরিনে ইমাগী তমপাক্লা নঙবু ।

* * * *

# উমং লাইরেম্বীগী মপাউ

চাওখৎলবা মীরোলসিগী
ৱাখল খল্বা ঙমদ্রবা
তাইবং মীওইববু য়েংলগা
উমং লাইরেম্বীনা পাউজেল্লি,
নুংশি কোলোয় য়াৱানা
মপারী মমোম্বু পাওতাক্লি ।
হাদা তাইবং মীওইবা
পারি ইমোম নুংশিবা
নাপ চীক্লা তারোকো
নমা ঐগী ইপাউসে ।
তাইবং মপোক লাকত্রিবঁঙে
মালেম শিম্থা য়াওরক্লবী ঐনি ।
মালেম ইমাগী তমপাক্তা
থৱায়পানবা পাম্বী, শা-উচেক
পূম্নমকপু লাংওন-হন
মালেম শক্তম শেমলক্লবীনে ।
ঐগী ইশাইকোনগী থৱায়শিং
তাইবংগী থৱায়নি কাওগনু ।
নঙগী মাঙদা হৌরীবা
উপাল ৱাপাল হৈপাল লৈপাল
তাইবং শেম্বা মপুগী
শক্লোন শক্তম্বি কাউগনু ।

নঙনা হোল্লিবা নিংশা
লোম্ছোক্তবী পান্বীশিংনা পীরিবনি,
নঙনা খৌরাংনা ঙাইহৈরিবা
কুমগী নোংজু মখোলসে
নঙনা মীরায়বীরিবা
উপালশিংগী খূদোলনি ।
মঙাও থীবা নোংলৈ শহুমসু
ঙাক্লীবনি মখোয়না নঙগীদমক ।
নখোয়না ঙস্মী মতাগুম
মখোয়বু মীরায়বগী চৈনাদি
নখোয়তনা ফংগনি
নমা ঐনদি য়েংঙলমলোইদো
ঐগী শক্তম কন্দুনা
অশীংবা মীওইবা ওইয়ুকো ।
ঐগী ফজবা ইশক্তম
ইশাইকোনগী থবায়শিং মাঙখ্রবদা
ফজরবা মালেমসে
লৈকঙলা ওইরকপা শোয়রোইকো ।

* * * *

# মীকপ থোরকপদা

ঙরাং ঐগী মঙদা
ঐখোয় লৈকায় শান্নবুংদা
হরাও মথোই কানা
নোক্লা খেনা নুংঙাইনা
নুপামচা নুপীমচা ময়াম শান্নরম্মী ॥
উবোলে, উরাউবী, ফীবুলহাবী
সেবোতি, মুক্লা, কৈয়েন
মরুম কোনবী, চৈতেক লোৎপী, থ্রী কাপ্পী
নুংশিপ্রবা মশান্ন ময়াম,
ঐসু থরায় তানা য়েংজরম্মী
থম্মোয় পেন্না নোকচরম্মী ॥
কয়াদা নুংঙাইরমখ্রবা !
অদুবু, - - - - -
মীকপ থোক্লগা য়েংলুবদা
শান্নবুংসু লৈরমদ্রে
হরাও মীনোকসু মাঙখীরক্লে ॥
মখোয় ময়াম লৈরম্মী,
তুফক তুফাই চল্লদুনা
কৈশুমশঙগী বন্দিগুম,
মঙলান্দুবু নীংশীংনা
পিরাং ঈচেল নাইরকই ॥

* * * *

# চীংমী তম্মী

চীংমী তম্মী অনীমক
লাইরৈবাকসিগী শক্তমনি
চীংলৈবাকসিগী লৈতেংনি
চীং-তম পোকপী ইমাগী
থব্রায়-হকচাঙ ওইবনি ।

পুব্রারীনা তাক্লি
মোঙ্গোলোইড ফুরুপনি ঐখোয়
ফেমিলি অমত্তগী
লোন ঙাংবা মশেলনি
য়েক ৭ কী চাদা নাওদানি ।

য়েক মশেল লৌনফদবা
ঙল্লিঙৈদা অশীবা হকচাঙবু
লৈরোন চন্দুনা পোৎলোয়রকপা
মান্নবা লীচৎনা চেৎনা পুল্লিবা
কনানা থদৎপা ঙমলোইয়ে ।

লাই হরাওবগী লাইরোইদা
তাংখুল নুরাবা নুরাবী
তম্মীগী লুহোংবদা
তাংখুলগী লৈরুমফি
নুংগী ঈচেল করম্না থদৎলুগনি ঐখোয়না ।

ঈনিংথৌ পাইখোম্বা
মরাম চনু ইঙাল্লেগী নুংশি ৰারী,
ইনিংথৌ নাওথিঙখোং
লংমাই পেতংঙাগী নুংশি লীপুন
য়াওরীদো কংলৈগী পুৰারীদা ।

খম্বা থোইবীগী ৰারীদা
কবুই শলাং মাইবগী থৌদাং
করম্না কাউথোক্লুনি ঐখোয়,
চীংমী তম্মী লৈঙাকমিন্নরকপা
নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরকপা ।

সনা লৈবাক্কী পুৰারীদি
চীংমী তম্মীগী পুৰারীনি
নোংচুপলোমগী লাইনীং শহুম্না
কুইনা পন্থিংবা য়ারোইয়ে
ঈগী ঈচেল তৎফরোইয়ে ।

চীংমী তম্মী পৃন্দ্রবদা
ইমাগী শক্তম মপুং ফারোইয়ে,

থম্মোয়নুংগী নুংশি ঈচেলনা
চীংমী তম্মী অমত্তা ওই
ইমাগী শক্তম ঙাকমীন্নসি ।

* * * *

# চৎসি লাও খুঙ্গংদা

লাক্লো মরূপশা
অমুক থীম্বুররোইসি
অথাপ্পা খুঙ্গংদা চৎলুখিসি লাও
অসূকপা চীংনুঙ মানুংদা য়ৌরুখিসি লাও ।

তান্নবা চীংয়া তময়া লোইজিং লোয়া
ঐখোয় অমুক্তা হান্না য়ৌরুখিসিলাও ।

ব্রারৌখিদনবা থম্মোয় মশেল
মীরাইবীরে খন্না পেন্নদ্রিবা
থম্মোয় থম্মোয় মশক খঙনরুসি,
পূক্নীংগী ব্রারোল পাউশানরুখিসি
নুংশি লীপুন্না চেৎনা হান্না পুল্লুখিসি ।

খোঙ লম্বীদা য়ৌবা মফমদুগী অব্রাবা
খঙলীগদ্রা খোঙনা চত্তবা মখোয়না ?

ইলেকত্রিক্কী মৈঙাল ফংদ্রিবা
মফমদুগী অমম্বা শক্তমদুবু
উরুগদ্রনে য়ৌসু য়ৌরুদনা ?

করম্না তাগনি চাকথুং ফিথুংদ্রবা
থব্রায়শিংগী মপাউখোল
থাপ্পা তাম্না লৈখ্রবা নাকোংদুনা ?

থৌদাং চাউবশিংনা য়ৌবীদ্রবা
নুংশিরবা তান্নবা খুঙ্গংশিংসে
ঐখোয়গী ঈরমদমনি পাম্মুরবা,
কাউথ্রবসু মখোয়না নীংশিংলসি ঐখোয়দি
চাওখৎ লমজেল চেনমিন্নরসি পূন্না ।

* * * *

# কংলৈ ইমাদি তেংথারি

কংলৈ ইমাদি তেংথারি
কনাগীদমক ? করিগীদমক ?
ঙাওনা ফৈনা নারবা
লায়না লায়য়েঙফম খঙদ্রবা
লুচিংবা শাবতনা শৌ শারবা,
অদুগা অমরোমদনা
মায়কৈ খূদীংমক
অমম্বতনা লাঙ্গোয় চনশিল্লক্লবা
নাহেখোলতনা লৈতেং ওইরবা
হা-কার লাউনরক্লবা
পল্লেপফম খঙনরক্রবা
অদুঙৈগী লাইরৈবাক অসিগীদমক ।

* * * *

# চীংউ মায়চৌ থোরক্লো

ব্রাংলেন মতমসে হেনখিদৌরে
কোরৌসু ময়ুম চঙখিদৌরে
কংলৈ পুয়াসু নাথৈখিদৌরে ।

চীংউ মায়চৌ নুংশিবা
শাথুপ হৈনা থুপখিবা
অদুঙৈ শরী নামুঙনখিবা
ব্রাংলেন মতম হেন্দ্রিবরা ?
মালেমদা কেকু ফোঙলসি ।

অদুঙৈগী নরমদম নুংশিবা
মাইকৈ খূদীং খাম্বী মৈহৌরে
লাইনীং লাম্থেংসু কল্লক্লে
লমগী লানজাওসু লোইনাইদে
পূক্কী লানফমসু তরাইদে
কংলৈ ইমাদি ব্রারেদা ।

থোরক্লো থোরক্লো ঙাইঙমদ্রে
মায়চৌ শিন্থা পাঙলরো
কংলৈ লাইফমলেন অরুবা
চীংউ মতিক অচৌবা
মোংবা মরৌ চাওবশিংনা
খুৎপায় চেৎনা পাইদ্রিঙৈ ।

পোইরৈ নোংশাদি অথৌবা
ওম্না তিনজেন লাইচেন্নরিদো
সনা লৈবাক ইরমদমদি
ঈরোম্নুংদা লূপতৌরে,
থোরক্লো ঝাংলেন থীল্লেনে
কংলৈ পুয়া ফাক্লরো ।

ঈপা ঈপুগী অশেংবা
পুয়া ঈরীক ঈশেঙনা,
হিংনা হিংনা শিরবা
তুশোন মানশোন্নরবা নয়েকচাশিং
মীনম থানম কোকহনবীরো ।

* * * *

# খেন্নবা

ঈশৈদা থব্বায় হকচাঙ লৃপচবী ঐনা
ঐগী থব্বায় হাপ্লবা ঈশৈ ময়েক্লা
মালেমদা কেকু ফোঙলকপদা
পুন্সিদা অমুক্তা ফংখিদ্রিবা নুংঙাইবা
ঈশৈগী তাম্থাদা পুমঙাও ঙাওবা মীকুপ ।

অদুগা অমরোমদা,
মান্নদবা ব্রাখল মীৎয়েং মরুমদা
মরুপ অমা ফংলে খনবগী নুংঙাইবা
অনৌবা পুন্সি খোঙচৎ অমগী মঙলান
লাকঙম ফাঙমদ্রবা মঙাওথীবা ইথিল
অনীসি কয়াদা লাপ্পা খেন্নখ্রবা ।

অমুক্তা তাখোনে,
খেন্নবা অনীনা মান্নবা অমা ওইবা
কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্লোই সুকওই ওইথোক্লোই
ঐ থাজদে সুকথা হেক থাজদে
খেন্নববু মান্নবা ওম্থোক্কে খন্না
ঐ কৈদৌঙৈদসু হোৎনরোই অরেম্বদা ।

* * * *

## চৈনা অমা

কুমজাগী ইঙেন কাংচিংবা
লাক্লে ঙসিদি নৌহৌননা
মিৎলুগী পিরাংসে পিরোইনহল্লে
খাম্বা য়াদ্রে মনিং তমলে ।

নীংশিংহল্লে, নীংঙল্লক্তরে
কপহনখীবদো থম্মোয় শোক্লা
অপোকপী পলেম ইমাবু
হায়বা ইন্দবী মচা-ঐনা ।

হল্লক্লরোইদবা খোঙচত্তা চৎখ্রবী
লাইওইখ্রবী পলেম অপোকপী
ইঙেন্থাগী কাংচিংবা খূদীং
লাইরমলেন্দসু কপলীগদ্রা ?

নীংশিংলগা মীরমলেনগী থৌদোক
ৱারৌরিগদ্রা হায়বা ইন্দবী ঐবু ?
চৈনাসিমদি কোক্লরোই
পুন্সিসিনা হিংলিবমখৈ ইমা !

* * * *

## ৱারোঙ্গ ঈশিংচাইবী

চীংউ খুভম অহকপা
পুৱারী লীক্লম অরুবা
নুংদা চেৎনা শাথৃপলিবা
ৱারোঙ্গ নিংথৌ মশাইকোন্দা,
ঈংল লাইজ শক্তম লৌ
কংলে ইমাগী থৌগল তৌরিবী
পুকচেল তপ্পী নীংথীবী ইমাও
ৱারোঙ্গ ঈশিংচাইবী কৌগেকো নচানা !

নঙগী লাইজ ঈৱায় ইনিলনা
থম্মোয় অসে লৈতাহন্দ্রে
ৱাখল অসে তপথহন্দ্রে
খঙনীংলে নঙবু কনানো ?
ঈচেলদুনা করি পাউজেল পীরিবা
ঈরীক্তুনা করি পাউখোঙ চল্লিবা
পুৱারীগী করম্বা ঈচেলবু তাক্লিবা ?

কোরৌ ঈপাগী মশেক মঙাল্লক
শংবানবা চরৈ অমুক থোন
ঙৌরৈন ফীজোল অমুক শেৎ
মিপায়চাউবী ইকাইথিবী থাজনা
লৈচীল্লক্তা কেকু লোৎপদা
লুপা মচুগী ফীজোল শেৎলিবী;
মুরৈনবা নুঙবী নুঙজাওরক্তা
ত্রোং ত্রোং পুঙলোন তাম্বাদা,
ৱা-ৱা ঈপোম শৈশক্তা
থেক্ক থেক নৌগ নৌ
জগোয় শাথেক তম্লিবী ইমা ।

নঙগী নিংথীবী মহৌশা শক্তমবু
খুংশেমগী ফজবনা লৈতেং হাপ
লূ-নাল্লবী নীংথীবী নশাইকোন্দা,
লৈতেম মান্ননা মোল্লবী নতমপাক্তা,
মালেম পূম্বগী পোত্থাফম ওই
কংলৈ মপাউবু চীংলোন লান্ন চেন
চীংলোন ব্রাংমগী নতারোইলক্তা
কৈদৌঙৈনো তোমথিন ঙানগদবা ইমা ?
খৌরাংলে নচাগী থম্মোয়না ।

মীকৌ-মীরম ফজবী
লাইনীং-লীচৎ, কুচু-কুমেন
খেন্নবা মীৎয়েং থমদনা
পূম্নমকপু তরাম্না ওক্লিবী ইমা,
নশাইকোনগী অমোৎ অকায়শিং
ময়াই কাবা চীনজাকশিং
খোঙলৈ থুনা মাঙখ্রসনু
মতমগী ঈরোন্নুংদা লূপখ্রসনু ।

নঙগী ঈঙলবা লাইজ ঈশিংনা
অঙাঙ্‌বা ঈখেংতবু ঈখৌলাং
তাইবং মপোক্লি কাউথোক্লবা
শা ওল্লবা তাইবংশিংসে,
ঈগী ঈখৌলাংবা কোকহনবীয়ু ইমা
ঈগী মহাও কাউহনবীয়ু ইমা
তাইবং মীওইবনি নীংশিংহনবীয়ু তন্না ।

* * * *

# থাজবনা মাঙখ্রবদা

থাজবা নঙ লায়না মাঙইদা
মীনম্বা নঙ লাইমা ফত্তেদা
তাইনফম লৈতে পিরাংসি নত্তনা,
মঙলান ওইরফাও খাংঙমলোইদবা
করিগীনোনে ঐঙোন্দা
অসুক চাউনা মীনল্লিবা ।

লৈহৌরে কোক্লরোইদবা
দাকফম অমদি ময়েকলানা
শেংলবা থম্মোয়গী লামায়দা,
খাহৌরে চাউরবা পল অমা
থাজগনবা পূক্লীংসিদা
নঙবু থাজরুবৈ মহৈ ।

চুম্না য়েংবা ঐগী মীৎয়েং
চুম্না খনবা ঐগী ৱাখল
চন্নফম লৈররোইদ্রা,
ঙসিগী মীনম্ল তাইবংসিদা
তায়োন্নহল্লগদ্রা পুন্সিসে,
পূম্নমক অরেম্বা তারগদ্রা
হায়য়ুনে মালেম ইমা
থাজবা মাঙখ্রবা তাইবংসিদা ।

* * * *

# সুমহৎয়াই পুবা খোনজেলদুনা

সুমহৎয়াই পুবা
নঙগী খোনজেলদুনা
ঐবু পূমসুম সুমখরে
ঐবু পূমঙাও ঙাওহল্লে ।

ঐগী থম্মোয়গী ঈচেল
ঐগী পূক্লীংগী ঈহুল
ঐগী মিহুনগী তাম্বা
পূম্নমক ময়াই কাহল্লে ।

শিংলি নাওরি পুম্নমক
মশাগী খোঙচৎ কায়রক্লে,
ঐগী খোঙদগী তোন ফাওবা
লাক্ল-ফান ঙমদরে ।

নঙগী খোনজেলদুনা
ঐবু মঙাওথীবী ওইহল্লে
নঙগী মীসুম্বা শৈশক্কুনা
ঐবু লমহেনবী ওইহল্লে ।

তুম্মু য়াদ্রবা অহীং কয়া
নঙগী শৈশক্লা নাউশুম্বীরে
মিকপ থোকত্রবা অয়ুক কয়া
নঙগী খোনজেলনা য়াকায়হল্লে ।

নীংতম্না তারিবা পিরাং
তৈথোকপিরে নঙগী খোনজেলনা
ঐগী পূক্লীংগী ৱারোল
খঙবীরে নঙগী শৈহেক্লা ।।

পোখাফম খঙদ্রবা
পুন্সিগী মিকুপ কয়াদা
পীবীরে পোখাফম
ঈংলবা নঙগী শৈশক্লা ।।

নঙগী সুমহৎল খোনজেলনা
ঐগী পুন্সিগী মমল লেপ্লীরে
ঐগী থৱায়গী কায়দোঙফম ওইদুনা
ঐবু হিংবগী মহাও পীবীরে ।

* * * *

# মপুগী খুদোল

অশিৎ অৱাম্বাগী চান্নবী নোংলৈ
অখাক অরাওদা নোংথাঙগী জগোই
নোংজুগী অহিংদা নোংখোংগী পুংখোল,
নিংথমগী চৈনাদা উল্লেনগী চৈথেং
ওল্লাংথাগী মালেমদা খাম্বী মৈশা
মপুগী খূদোলনি মুৎনাইদ্রবা ।

অহাঙবা অতিয়াগী শংবান্ন ফীজোল
সনা মচুগী তারমদাই কোরৌ
নোংজু মমৈগী চুমথাংগী শক্তম,
অপাইবা লৈচীলগী লেপঙমদ পম্বুং
য়েন্নিংথা উপালগী অনৌবা য়েন্নীং
মপুগী খূদোলনি নীংথীরবা ।

কায়না মৈরীদা থম্মোয়গী মৈচাক
নুংশি পম্বুংদা হরাও মীনোক
ঈংলবা থাবলদা ফাওরকপা মৈশা,
লৈরাংগী লৈহিদা লোৎলম্বা হূ
লিরি মালঙদা য়াওরকপা মৈরী
মপুগী খূদোলনি কাউরবরা ?

* * * *

# করিগীনো ?

মীওইবনা মীওইবগী হক
করিগীদমক ফংহন্দ্রিবনো ?
অহীংবনা অহীংবগী হক
করিগীদমক মুনবীরিবনো ?
নেসনেল হ্যুমেন রাইটস কমিসন্না
করিগীনো থৌনা ফত্ত্রিবা ?
মীওইবগী হক থুগায়রফাও
হ্যুমেন রাইটস প্রোটেক্সন এক্ট
করিগী তুমিন লৈরিবা ?
করিগীনো পীক্লিবা অঙাংশিংবু
নৌনা শিন্মী ওইহল্লিবা ?
ইনখৎলক্লিবা নুপীমচা কয়াবু
করিগী ওইহল্লি লান্না শেন্দানবী ?
অউনপোৎকী মরুমদা
লুহোংলবী নুপীশিংবু
করিগীদমক ওৎপীরিবা, হাৎপীরিবা ?
চেদা ময়েক লানা ইরিবা
নুপী অঙাংগী হক
করিগীদমক পীবা ঙমদ্রিবা
করিগী মুল্লগা লৌবা ঙমদ্রিবা ?
করিগীনো মীওইবনা
অসুক য়াম্না পাঙদ্রিবা
করিগীনো অসুক লীচিং মান্নদ্রিবা ?
ইশাগী হক্কা ইশাবু
মোমোন নোকহনবা ঙমদ্রিবা ?

* * * *

# শর্মিলাগীদমক ঐখোয়

হৌখিবা চৈচৎ ১৯৭২ মার্চ ১৪
সনা লৈবাক ইমাগী
কোংপাল কোংখাম লৈকায়দা
ইরোম লৈকোন্দা লৈশাৎ তল্লকপী,
তাইবং মপোক্তা চীংউনা লাংওল্লকপী
মীতৈ চনু অতাঙবী
ইরোম চনু শর্মিলা ।

মালেম লৈমগী মমোমলোই
হৌখিবা চৈচৎ ২০০০ নবেম্বর ৫দগী
লাইজ ঈশিংফাও থক্তবমখৈ
চরা হেল্লকলি কৈসুম শঙগী ফাদোক ওইনা,
কনাগীদমক ? করিগীদমক ?
ঐখোয়গীদমক ! মীওইবগীদমক !
নৈহৎপিরবা থৱায়গীদমক ।

তাইবংগী অরাম খৌরাংবা
অপাম্বা, নুংশিবা, কল্লক য়েংথিবা
পূম্নমকপু তুংওইনরমদুনা
নীংঙোল পুন্সিবু পোম্বা ওইনা
মীওইববু নুংশিয়ু, থৱায়বু নুংশিয়ু,
থৱায়বু ওৎলিবা, মীওইববু ওৎলিবা
আফস্পা ১৯৫৮ লৌথোকউ হায়না
খোঙফম চেৎনা থৌনা ফনা লেপলি
ৱাশক চেৎপীসে ।

*তাইবং মালেম য়াইফনবগীদমক*

তাইবং মপোক্তা চীংউ লাংওন্দুনা
চীংঙু খোইয়ুম শিন্থা পায়বীরিবা পূম্নমক
লাইনীং পরৈ চেৎপীরো নমোম শর্মিলাগীদমক;
কৎপীরো হৈকৎ-লৈকৎ থম্মোয় শেংনা
শোনবীরো লাইনীং লাইশোন
নমোমগী মায়পাকপা পম্বুংগীদমক,
অমুক ফংহনবীরো নমোম ওইবীসে
কাউরুরবা তরা চাক্কী মহাও
লাইজ ঈশিংগী ময়াই খৌগংলবা চরমদুদা
মায়পাকপগী মোমোন মীনোক্লা লৈতেংদুনা ।

খুত্তা খোর্জৈ পায়দুনা
লোইনশিল্লোনগী লবুক্তা শিন্থাবীরিবা পূম্বা
পায়খৎলসি খোর্জৈসে শর্মিলাগীদমক,
নুংশিবা লিপুন্ন চেৎন পুন
নুরা তেমশীংনবীগী পামজ পম্বুং য়ৌনবা;
শৈশক মরূপ ওইবীরিবা
নুংশিবা খোনজেলনা
তাইবং থম্মোয় সুম্বীরিবা পূম্বা,
শকপীয়ু খোনজেল হৌনা খোম্থাংয়েনা
থ্বাংজু পীস প্রাইজ ফংলবী
লাইপোক ওইবীগী নীংজ পম্বুং ফংনবা ।

ব্রায়েল লোয়শঙদা
ব্রায়েল কাটি পায়বীরিবশিং !
পায়খৎপিরো ব্রায়েলকাটি

ৱায়েল ৱাচুমসু
ৱায়েল কাটি থাবিরো
ক্কীন ওফ পীস ১সুং নন-ভাইওলেন্স
মীংথোল ফংলবী মাগী পম্বুং ফংনবা;
লেপখোগবা অমুক্তা নোংমৈগী মখোলসে
অকী তুজুংলবা বোমগী চৈথেংসে
নখোয়গী নচল শর্মিলাগীদমক ।

মীয়ামগী মীহুৎ ওই লৈঙাক্লিবা
লৈবাক্কী য়াইফ থৌপুবীরিবা পূম্নমক
অমুক্তং কোক চুংশিন্নবীয়ু কৈদৌবগে
য়েংবা নুংঙাইরিব্রনে ইরোম চনুসে ?
চীনগা খুৎকা অমুক্তা মান্নবিয়ুবা
ময়োন মপু মদাইকা
লাউবিরো খোল্লাও অমত্তা ওইনা,
ফুদোকপিরো থৌনা লিংজেল
শর্মিলাগী খোল্লাওসে মীয়ামগীনি
অমুক্তং লৌথোক্লগা য়েংসিবা আফস্পাসে
নমোমগী পুন্সি কনবীয়ুবা ।

পোইরৈ লমদম ৱাংমদা
মোংবা-শাইগোন ওইখ্রবা
পুন্সি শিম্বা পাঙবদা
মায়কৈ শীন্না চৎখ্রবা,
ঐগী নুংশিরবা ইরৈচাশিং
লমদম তাম্না লৈখ্রসু
নীংশিংবীরকউকো চনু শর্মিলাবু

নুংশি নপাউ থাবিরকউ
ঈগী ঈচেল তৎত্রি খঙহনবীরকউ ।

হনু লৈমন চল্লবী
কমলাক কুরু কারবী
শামা পাঙ্গল শোল্লসু
নুংশিবগী লীচিংনা পাঙ্গল ওই
নমোম শর্মিলাবু শেন্নজবদা
অব্রাবা মায়োক্লরিবী ইমাখোয়,
য়ুমগী চীল্লবা থৌগাইরক্তা
লৈবাক থৌবু পুরিবী ইমাশিং
নমোম শর্মিলাবু থাদোকপিনুকো
পূন্নমক্কী থৌনা হাপ্পিয়ুকো ।

* * * *

# কদায়দা লোৎখরে

কদায়দা লোৎখরে ?
ঐগী ঈশৈগী লাইরেম্বী
থম্বীরম্লগা থব্বায় য়াওদ্রবা
ঈশৈ ময়েকশিংসে মতোমতা,
তুংওইনরবরা নঙসু ঐবু
নোংঙাল্লু য়াদ্রবা অহীংসে
খূদোল ওইনা থম্বীরম্লগা ।

* * * *

## নুংশিবা

হে নুংশিবা !
মীওইবগী পুন্সি ওইরিবা
থৱায়গী তুংনফম ওইরিবা
পৃন্নমক্কী মৈরা ওইরিবা
নঙগী লীপুন তৎখিনুকো ।

হে নুংশিবা !
নঙগী শক্লোন হোংলক্কনু
তমথীবা মশক লৌরক্কনু
মীওইববু শা ওলহল্লক্কনু,
মালেম ইমাদা অমুক
অৱা মৈশা পীরক্কনু ।

হে নুংশিবা !
নঙনা চেৎনা পুল্লিবা
নুংশি লীপুন থাদোরক্কনু
মোমোন মীনোক তমজরিবা
শাবী শানৌশিংসে নুংশিদরা ?
কায়না পিরাং শিন্থহল্লক্কনু ।

* * * *

# ঐগী শৈরেংগী লাইরেম্বী

নঙদি ঐগী শৈরেংগী লাইরেম্বীনি
ঐগী লেপ্পুরবা খোর্জেংগী ঈচেল
নৌনা অমুক চেলহনবীনি
নঙদি ঐগী লোইনশিল্লোনগী ইফুৎনি ।

নঙগী অশাওবা শক্তম
নঙগী অঙাওবা শাজৎ লীচৎ
নঙগী অরানবা ৱাখল মীৎয়েং
পূন্নমক ইফমদদি শৈরেংগী মচাক্লি ।

নঙগী তমথীবা নতৌদুননি
পাঙদ্রবী, কপচেৎপী
উপায় লৈত্রবী ঐনা,
পুন্সিগী পোৎথাফম থিরকপদা
খোর্জে মরূপ ওইদুনা
খোর্জেদা ঙাওবা মশেলগা
ঙাওমিন্নবা ফংলিবা
লোইনশিল্লোনগী মহাও তংমিন্নরিবা ।

* * * *

# নোং নঙবু ঙাল্লোগবা

নোং নঙবু ঙাল্লোগবা
কিজরে থামম্বা অহীংসে
তাউবা হূইখোঙসু কায়রক্লে
কায়রৈ য়েনখোংসু তানকায়রে,
থরায়গা নিংশাগা তিন্নদরে
মীহুনগী তাম্বাসু কায়রক্লে
অঙানবা নঙবু লাক্লোগবা
অমম্বগী অকীবসে মাঙহনখ্রোবা ।

* * * *

# ঐগী নুংশিবী ইমালোন

ঐগী নুংশিবী ইমালোন
কনানা হায় নঙবু মীতৈলোন
কনানা কৌই নঙবু মৈতৈলোন
কনানা থোল্লি নঙবু মনিপুরীলোন ।

ঐদি কৌগনি নঙবু
থম্মোয় শেংনা ইমালোন
চীংমী-তম্মী পূম্নমক্কী
অমত্তা ওইবী ফাওনলোন ।

লোয়নশিল্লোনগী কংনাইদ্রবী ঈফুৎ ওইরিবী
ঈচেল নাইনা ইরম নাইনা চেল্লিবী
ইমা নঙনি ৱাত্ত পাদবী
পূম্নমক্কগী পূমহেন হেল্লিবী ।

নত্তে নঙদি মীগী লোন্দা শাইদাংগদবী
নত্তে নঙদি মীগী ময়েক্তা তাংজগদবী
লোইনাইদবী পূক্কৈনি নঙদি
ঐগী নুংশিবী ইমালোন ।

নঙনি পুম্নমক্না তাঙজফম ওইগদবী
নঙালনা মালেম শীনগদবীনি
নতিক নয়াইনা নোংদোন খেৎকদবীনি
ঐগী নুংশিবী ইমালোন ।

* * * *

# অহীংগী লৈরাং

পূমশঙ শংবা লৈখোক্তগী হাইথরকপা
পূমশঙ শংবা মনাগী চিদাইদগী
মাইকৈ কয়া মাইওন্দুনা পোল্লকপী,
নুমিদাং অমখক্তা লৈশাৎ তম্বী
থাবলগী মঙালদা ঙাওজবী
লৈশক্তা লৈচুদা লময়ৌবী
লৈনমদা পূক্লীং নুংওনবী,
লৈরাং নঙবু নুংশিবী
নঙমুক নীংথীবী লৈরাং
অমুক্তসু উখিদ্রি পুন্সিদা ।
হায়গনি ঐদি নঙবু
লৈরাংলক্তগী তোমথিন ঙানবী
তাইবং থম্মোয় নুংওলবী
ফজখ্রেদা, নুংশিখ্রেদা, নুংওলখ্রেদা
করিগবু চাংদম্নসিগে ঐনা
নীংথীরবী পুম্নম্নবী লৈকারক্তা
লৈরিক্লা তনিক তনিক খাঙজবদি
মীৎফম হোংববু য়াদেদা ।
ননাক্তগী সুকচৎ চৎথোকহন্দমখৈ
অহীং মীৎশেল খাঙদুনা
অঙাওবী ওইহনখিবনি নতৌদুনা ঐবু
লৈনম্না থম্মোয় হুবমখৈ ।
অদুবুনে লৈরাংও শকহেনবী
করম্বা লঙজবা নরালনো
চীংউ কনাগী করম্বা

অখা মীৎয়েংবু লৈবনো
কোরৌ মঙালবু কীবনরা
খোইমু চীরোল মিপাইজবনরা
নুমিদাংদদা লৈশাৎ তম্বদি ।
নত্তগা লৈরাং-ও নুংশিবী
মপোক লাংওন অমদা
কায়না মৈশা লাং
নীংজ পম্বুং কায়খীবরা ?
অসুক নীংথীবী নঙনা
সুপ্নতগী নুমিদাং অমত্তমক
তেন্না লৈশাৎ তম্বদি,
লাইবক থীবীনি হায়শিরা
লাইবক ফবী কৌশিরা
লৈরাং নঙবু লৈকঙথরো ।

* * * *

# নীংশীং চৈনা

করিগীনো ঐগী মীৎকী পিরাংসিনা
অসুক তমথীরিবা, অসুক লমহেল্লিবা,
থৌদোকতুগী ৱারীশিংদো
নীংশীংলগা হেক্তা পিরোইনরক্লিবা ?

পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই চৈথেঙলক্তা
কাউঙমদ্রবা থৌদোক অদু খক্লনি
ঐবু হেক্তা ওৎলরিবা, হেক্তা ৱাহল্লিবা
নীংশীংলকপা মীকুপ্তা অঙাওবীগুম্না ॥

ৱাহৈ অমনা ৱারোল লীশিং ওইরকই
শক্লোন অমনা শক্লোন চামা থোক্লকই,
থৌদোক অদুবু লীশাং শীৎনা উহল্লি
কাউগে খন্না খন্না কাউবদি ঙমদ্রে ॥

* * * *

# পাঙথোক্লো নথৌ

খোর্জে নঙ নথৌ পাঙথোক্লো
করিগী তূমীন লৈরি মীকিথীগুম
নতিক নথৌনা পূম্বা ফূদোক্লো
কামথোরক্লো মৈরী লীশিং লীশিং
লোইনাইদনা নচীন্দুদগী ।
চাকথেকহল্লো মালেমগী ফত্তবশিং
পূংতুম তুম্না তাঙ্গাই ওন্না
ঐগী নঙগী মাগী
লাইনিংগী, কুচুগী, কাংলুপকী
তোখায়বা মীৎয়েং, অখুবা ৱাখল্লোন
মাঙহনখ্রো, মুথৎখ্রো মালেমসিদগী ।
উদ্রবরা, তাদ্রবরা, খঙদ্রবরা নঙবু,
মচিন্দনা অমা, মবুক্তনা অমা
লোঙলিবা মরৈ অশাংবা ময়াম
থৌদাং চাউবশিংগী অরোনবা শক্লোন
থৱায়বু ওৎলীবা তমথীবা চৎনবী
য়েংদুনা, তাদুনা, উনা-উনা
অসুম লৈরগদ্রা নঙবো ?
খোর্জে নঙ থৌনা ফৌ
চৎলু মাঙলোমদা লেপ্তুনা
কিগনু অচূম্বা লম্বীদা
মীখা পোনগনু ননীং তম্মু অচুম্বদা ।
নামা হোবা মান্নদ্রবা কোকয়াম
মান্নদবা লীচিং ময়াম
পুনশিল্লু নঙনা অমত্তা ওইনা ।

অদুগা অমুক
খীকথরকউ লাইজ ঈশিং
ঈংহল্লু মালেমসে
য়েল্লু নুংশিবগী পাউজেল ।
নওনা নথৌ পাঙদ্রবদি
মালেম ইমাদি ৱারনি
মীওইবদি হিংবা লুরনি
খোর্জে নঙ নথৌ পাঙথোকলো ।

* * * *

# চৎখ্রবা থব্বায় অমদা

মীৎয়েং মান্নদবা তাইবঙগী
কল্লক য়েংথি চৈথেংনা
পূন্সি শিছা লোইরমদা
খাংঙুথক্তা কেমহনখ্রবা
হে থব্বায় অচঙবা !
কংলৈ মপারী অথৌবা
কাউঙল্লরোই অথোইবা ।

নচা ননাও কয়াগী
লমজীং মৈরা ওইরম্বা
খোর্জে মরূপ ওইদুনা
মৈরা মঙাল পীরম্বা,
হকচাঙগী পাঙ্গলনা শোল্লসু
ব্রাখলগী থৌনানা লীচিং ওই
লৈবাক্কী থৌগল তৌরম্বা
পাম্মুইদকো শক্লাইবা ।

ব্রজ লীশিং তাবদগী
হেন্না শাফু কল্লবা
থাজদনা ওইহনখিবা
নঙগী পুন্সি পোলোইদা
থম্মোয় ফুক্লে, খাংঙমদরে;
মীৎলু পিরাং ইপোমহৌ
হংহৌরি মরাল করিনো
মশিং থিঙমদ্র মীয়ামসিনা ।

নঙনা শেল্লম্বা চারা কয়া
নঙনা থারম্বা লৈরাং কয়া
শাৎলি ঙসিসু লৈকোলসিদা
'লৈবাক্লে'গা লোয়ননা;
'নোং তারক্লে' ব্রা-ব্রা
সাহিত্য লৈকোল ঈশিং চাইরি,
অদুবুনে হে অথোইবা
নঙগী অনৌবা খুদোলদি
লেপহন্খ্রেদকো পাম্মুইদা ।

থব্রায় য়াওদ্র হকচাঙ পোলাং
ঈংনা চীক্লা পোখারোকো
নঙনা পামজবা লৈমায়সিদা;
অদুগনে থব্রায়-ও পাম্মুরবা
নঙদি লাপ্লা চৎখিগনুকো,
নঙগী অনৌবা লাংওন মপোক
ওইয়ুকো নরমদমসিদা
পায়রখো খোর্জেসে অমুকহন্না ।

* * * *

# কেকু লোৎখো

শাৎথীগনু লৈরাং ওইবীশা
মপু পান্দ্রবা লৈকোলসিদা,
লৈরাংগী লৈশাৎ উরগা
শীঙেলগী লৈনম ফংলগা
লৈহীবু মিহৌন তেমশিংনরক্কনি
মীদি মানবা শাশিংনা
কনবীনবা লৈত্রিয়ে ।

চোইজাইননা তারবা লৈনাগী মৈচাক
উপাই লৈত লৈখোক্কী পিরাং
খাংঙুথক্কী শীঙেল তেংথাখোল,
নাপদা শীংজা য়েরকপা
হৌজ থেংখাঙ য়াম্লবসু
অঙম্বদি লোৎলিয়ে,
থৌদাং চাউবা তূমলিয়ে ।

লৈকোল শম্বল ওইরিবা
ইদু নিংথৌ নুংশিবা
ঙম্মা মীকপ থোকত্রিফাও
শাম পাঙ্গল চাওদ্রিফাও,
তিংখং শক্তম লৌদুনা
কেকু লোৎখো লৈয়োম্নুংদা ।

* * * *

# লেংওন থুংদবী

মমিং থোনফম খঙদবী
হকচাঙ কুপ্পা থুংদবী
তাওনে নঙবু ফিমচা ;
ইন্নফী কৌবসু য়ানিংদে
ফীতৎ কৌসিরা মখল্লি
নঙনা অমুক শাওরক্কনি
লেংওন থুংদবী হায়রগে ।
সনা লৈবাকসিদসু
নৌনা শায়োল্লক্লিবা
কনানা পুথোরকপনো নঙবু ?
পীকখ্রেদকো য়েংবদা
কুইনদি লৈগনুকো নঙ ।
তোঙ্গানবী পারপ তৌবী
লৈশা পুংকক্লবীগী হকচাঙদা
নঙনা লৈতেং ওইবদি
খরমখৈ মপকচৈ হায়ববু,
লৈশা মপুং ফারবী
মৌগী শীঙদা চল্লবীগদি
ওম্বোক্লা পক্লখিদ্রেদা ।
য়েংবু য়েংহৈদরেদা
কোক খুমলে ঙকশম উই
ঙকশম য়েৎলে পূমহাং হাং
অউবনা ইকাইজৈ ।
ইকাইবগী ফীশেৎলি
হীংননবা চারি থক্লি

কাউখ্রবরা করিনো ?
ইশাগী ফিভমবু উদবরা
হকচাঙ চনবা মীংশেলদুদা ।
অৱাংগী ইনে তোম্বীনা
মচিন পৈথোক্লা য়েংহৌই,
নঙবু খোঙলোয় ওই
মমৌ নুপী অঙাং চেনবীদুনা
সনা কৈথেল চৎখিবদো ।
য়ুমলোন্নবা মকুতোন
মখারোমগী থোঙ্গান্দা
খোঙলৈ থুনা হাইজিনখি,
মমৌ থেংনবা কিজবগী
মমৌ উবা ইকাইজবগী ।

* * * *

# পম্থৌ য়াৱা

কোরৌ নোংমদোন কাখ্রবা
লৈচিন খোঙনেৎনখ্রবা
লাইরমলেন্দা তিনখ্রবা
য়াইবীলেনবু অচঙবা
পম্থৌ ইপা অপোকপা !
খূয়াখাদা চঙজরি
তাইবং মালঙপানগী
নমোম ওইবী তোল্লবীনা ।
থম্মোয় লৈনা হাংদুনা
মীৎলু পিরাং ঈপোমহৌ,
পম্থৌ য়াৱা অথোয়ববু
উনবীনুংদা চেৎনা থাগোনজরকপনি ।
ঙসি কোরৌ নোংজাদি
খোর্জেগী মতেং লৌরগা
অঙৌবা চেবাং থকসিদা
তরামাংদা পাউদমজরিয়ে
অয়োন অরান ঙাকপিয়ু ।

পম্থৌনা তাকপীরম্বা য়াৱাদি
পারী ওইবা নখোয়সে
ইমোম ওইবী নখোয়সে
পলেম পম্থৌ ওইরিবা
ঐখোয়তগী ইরল নত্রেদা ;
লৈকাইগী, মীয়ামগী, লৈবাক্কী
লেঙদ্রবা লনবু ওইরবনি,

কাওগনুকো মতম খূদীংদা
ইরল ওইবা নখোয়না ফরগা
পূন্নমকসে ফগদৌরিবনি ।
তাইবং শেন্বা লাইমক্লা
ফংঙমদ্রবা তাঙল মীওইপোক্লি
পোকপগী মহৈ য়ালহল্লু
অফবা নতিক নয়ায়না লৈতেংহল্লু
মালেমদা মঙাল পীরম্মু ।
নহাক্লা তাইবং ফাওরকপদা
পলেম পম্থৌতনা নোকখিবা নত্তে
মালেম ইমাসু নোকখিবনি,
ফত্তবা লীচৎ শাজৎনা
মালেমদা মৈশা লাংহনগনু
কনাদসু চৈনা পীগনু ।
অশাওববু খুদুম চল্লু
পূন্নমকপু নুংশিবনা পুনশিল্লু
মফম, মতম, মরমচানা
পুন্সি শিম্থা পাঙথোকউ ।
থকসি খাসি থাগনু
নত্তবা চীনজাক চাগনু
হায়হৈদবা ব্রাহৈ হায়গনু,
অমম্বদা ইকায়বা হৈয়ু
য়াহিপ চাকচা পরিং চুম্মু
তাইবং শমু হকচাঙসে
চীংউ লাইগীনি কাউগনু
থৌদোক ব্রাথোক
লাইগী লাইথৌ খুদিং

ঙমজবা থাক্তা পাঙথোকউ,
ঙমলোইদবদা মীতৌ তম্লগা
কোন্না মৈশা লাংহৌরবদি
ইরাল লঙজবা থোক্কনি
কৎচমন মহৈ ফংলোইয়ে ।
খোর্জৈ শিঙ্খা পাঙবদা
মীনম থানম তৌরুনু
হোৎনবতা লেপকনু,
নোংমদি শোয়দনা
মালেমদা কেকু ফোঙলক্কনি
নিঙজবা পম্বুং ফংলক্কনি ।

* * * *

# ইমা মমিং খঙজদে

ঐনা হংখি নোংমা
ঐগী মহৈরোই অমদা
হংদবা য়াদবা মরমদগী
মহাক্কী ইমা বাবাগী মমিং ।
তনৌজরবা মায়থোঙদুদা
অঙাঙবা ঈগী ঈচেল্লক্তা
মীৎলু পিরাং ঈহৌনা
লুরুক্লবা মায়থোঙনা
তনিক্ল খোনজেলনা খুল্লকখি ।
ওজা ঐদি
ইপা মশক খঙজদে
ইমা মমিং খঙজদে ;
ঐগী অঙকপা মতৌদুদা
মানা মখা তারকই
ঐনা খঙলিবা হায়ববু
ঐনা ককা কৌজবা
'মনা ঐবু য়োকপীরম্মী,
হৌজিক্তি মাসু লৈখিদ্রে ।
থাজদবা পাউখুমদুনা
থম্মোয়সি কায়খি
কোক্তা চিঙ লাউখি,
খঙনীংবা কয়ানা লাংতক্লখি
থম্মোয়দা ব্লাহং কয়া হংলকখি
মসিবু ওইবা য়াবরা ?
অদুবু হংঙমখিদরে

চীনবান ৱাংমা লান্না
লানজদবা মহাক্কী
তৌফম খঙদবা মতৌদুদা ।
খঙনীংবদি ঙসিসু ঈখৌলাংলি
মাবু কনাগী মচানো ?
কনানো মাবু য়োকপীরম্বদুনা ?
থম্মোয়গী পেন্দবা ৱাকৎ
চীনবান ৱাংমা লান্না
থম্মোয় পেন্না চৈনিংলকই ।
হে মমা মপা ওইবশা !
নঙনা পোকপা নচাবু
ইচানি ফোংনা হায়ঙমদ্রবদি
ইচানি পোঙনা য়োকঙমদ্রবদি
মমা মপা ওইনিংলুনু
মী ওইনসু পোক্লক্কনু ।

* * * *

# থিরিনে কনানো অমা

তাংলৌ লৈনা থেঙনক্লবা
অহীং ঈচীক হুল্লকপদা
পোইরৈ মায়কৈ কোয়নচৎ,
থিরিনে কনানো অমা
ঐখোয়' পোকপী পলেম্মা
খঙদে কনাবু ওইরিগবা ।

মীৎলু পিরাং ইপোম হৌরি
শন্নাঙ পুন্দে ইফা ফারি
মোৎতায়নবী চরৈ ফীজোল,
মিপাইরবী মওং মতৌ
য়েংঙমদরে ব্রার শক্তম
খঙদে কনাবুনো থিরিবা ।

করি য়াব্রাবু পাউমেন্নিঙলিবা
করম্বা শিষ্ঠাবু পীনিংলিবা
খাঙ্ঙমদ মৈশা লাংলবরা ?
পুঙমদ পোৎলুম পুরবরা
তুরোই ঙান্নোই খোঙথাংদা
খঙদে কনাবুনো থিরিবা ।

* * * *

# নোংমৈ মরু

য়ৌনিংবতা য়ৌবা ঙন্বা
কোয়না য়াঙনা পাইরিবা
হে নোংমৈ মরু !
নঙ মফমচানা পাল্লুকো
নঙ মতমচানা নথৌ পাঙথোকউকো
নঙ মরমচানা নতিঙ ফুদোকউকো ।
তাইবং শেম্বা মপুমক্না কল্লকপা
মীওইপোক্কী পুন্সিনি কাউগনু,
ঙসিগী চাওখৎলবা সাইন্সকী পাম্বৈনা
অশীববু থব্রায় হাপ্লা ঙমদ্রিকো
মীওইবগী থব্রায়গী মমল য়াম্না ৱাংই
নঙ থব্রায়গী মমল খঙঙুকো ।
নঙ থব্রায়বু হাৎকনু
নঙ থব্রায়বু কল্লু
নঙ মীওইববু নুংশিয়ু
নঙ মালেমসিবু নুংশিয়ু ।

* * * *

# ঐনা খোর্জে পায়রি

ঐনা খোর্জে পায়রি
কৈদৌনবা ?
নূঙ মহী চেলহন্নবা
অশাওবগী শক্লোন মাঙহন্নবা
য়েক্লববু মরূপ ওন্থোক্লবা
থবায় মশেল নুংশিননবা ।

ঐনা খোর্জে পায়রি
কৈদৌনবা ?
মীৎ তাঙববু মীৎ উহন্নবা
না পঙববু না তাহন্নবা
অমম্ববু অঙানবা ওন্থোক্লবা
অপঙববু অশিংবা ওইহন্নবা ।

ঐনা খোর্জে পায়রি
কৈদৌনবা ?
শা ওল্লবা মীবু অমুক
মীওইবা হায়বদু ওইরক্লবা
মালেমসে নুংঙাই য়াইফনবা
ঈংনা চীক্লা পান্ননবা ।

ঐনা খোর্জে পায়রি
কৈদৌনবা ?
কায়না মৈচাক খাঙনবা
বার' থম্মোয় থেমজিন্নবা
মীগী থম্মোয় সুমহৎনবা
নোংদোন মালেম খূদুম চন্নবা ।

* * * *

# মিপাইবা

ঐবু ঈশৈ শক্লসিরা ?
ইমা লৈবাক নুংশিবগী
        তাবীনবা লৈরোইদরা মিপাইজে ।
ঐবু ফিলম পুথোকসিরা ?
ইমা লৈবাক নীংজবগী
        য়েংবীনবা লৈরোইদরা মিপাইজে ।
ঐবু লাইরিক ফোঙলসিরা ?
ইরৈবাক ইরমদম নুংশিবগী
        পাবীনবা লৈরোইদরা নুংনাংজে ।
ঐবু লাই য়েক্লসিরা ?
ইমা লৈবাক্কী নুংশি শক্তম
        য়েংবীনবা লৈরোইদরা খনজানৈ ।
নত্রগা ?
ঐবু লাউরশিরা ঙমজবী থানা
ইরৈবাক নুংশিবগী খোল্লাও
অশেংবা নীংতম্বগী মহাও
ময়েক শেংনা ফংহনবীয়ু হায়না
        কৈসুমশঙনা ওকখীগদ্রা মিপাইজে ।

* * * *

# কায়নরসি হূ পুবী

কায়নরসি হূ পুবী
হন্দক মপোকসিদা নত্তে
মপোক মপোক খূদীংগী ।
য়েংজনিংদ্রে, তুক্কচরে নশক্তো
ওকচরে, খাজরে, নচত্তো,
তাজনিংদ্রে নপাউককা অমত্তা
পূমপেল পেল্লে মীওৎপী
ইরমদমসিদতা নত্তে
মালেমসিদা সুকলৈ লৈবিরনু ।

নঙগী কল্লবা ময়ায়দা
য়ুম্নুরেম্বী কুরোন হূখরে
মপাম কৈথেল কাহনখরে
চৈফম্না লৈতেং ওইহনখরে
ইচা ইশু কাংখোং চাইহৌরে ;
ইরালনা পুক্সি য়োমহৌরে
ইশাদা লায়না মকোল শাহৌরে
অঙাওবা মিংথোল ফংহৌরে
ইমা ইপা অনীমক
পিরোইননা পুক্সি কেমখরে ।

লোন্না ফোংনা মায়থাবী
ইমুংদতা নত্তনা
লৈকায়দা মৈশা লাংহনবা
সমাজদা ৱাথোক ওইহনবা

নহাকথক্কী নত্তরা ?
নিশাবন্দ থোকখিবা
ইমা-ইবেন কয়াবু
তুমফম চাফম খঙহনখিদবা
কায়নরসি হূ-পুবী ।

* * * *

# য়ুমগী মৌ

ঐদি য়ুমগী মৌনি
ঐদি য়ুমগী মবেম্মনি
য়ুম কোইবীনি, য়ুম্বুরেম্বীনি
লৈমরেল লাংওন ওইবীনি ।
অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খায়না
চীংউ লাইবু থাগোন্নজবীনি
ইনেম, ইকু, ইপুরোইবা
লাইগুম খন থৌগনজবীনি ।
ইখা থাবা খিবীকপু
ইচা শক্না নাওকোনবীনি
থৌজাল হৈবী মমানি ।

ঐদি য়ুমগী মৌনি
য়ুম্নাক শাগে হোংলবীনি
ইমা ইপা ঐগী হৌরকফম
ঐনা নোংদোনথক্তা চিংখৎলিবনি ।
ইমুংগী মচিন-মনাও
মচে-মচল, মরী-মতা পুম্বা
নুংশি লীপুন্না চেৎনা পুলহল্লীবনি ;
ইমুংগী থৱায় পূন্নমক্কী
মৈরানি, মঙালনি
তূংনফমনি, চঙজফমনি, পোত্থাফমনি ।

ঐদি য়ুমগী মৌনি
শায়োন শক্তম য়াম্বীনি

ঐদি, লললৈমনি, ঙাৰৈমনি
চেংলৈমনি, য়ুমলৈমনি,
শিল্লৈমা পাংখক ওইবীনি
শিনফম খূদীং শিন্তাকপীনি ।
ঐদি লাম্মীনি লানফম কয়াদা
ঐদি পূম্নমক্কী মমানি
মচা শেম্বী, ইমুং শেম্বী
লৈকাই শেম্বী, লৈবাক শেম্বীনি
কাউফদে কাউবা সুকয়া য়াদে ।

ঐদি য়ুমগী মৌনি
থকশি খাশি কায়ফদবী
ঙাকপীহৈবী নুংশিচাউবী
শেংল পূকচেলনা লৈতেংবী,
লৈশারিঙে ব্লাখল মীৎয়েং
পুমথা থাদোক্লবীনি,
লৈশা ফীজোল হোংদোক্লবীনি,
কনামত্তনা অরান মীৎয়েং চংঙমদ্রবীনি
পূম্নমক্কী ফিদম্লফম ওইরীবনি
মালেমসিগী চাওথোকচফম ওইরিবীনি ।

* * * *

# লাক্লোগবা লময়ানবা নঙবু

লাক্লেনে সেপটেম্বর ৩০দি
কুমজা কুমওন খুদীং কায়দনা
লাক্লোগবা লময়ানবা নঙবু
অদুঙৈগী নঙগী নরমদমসিদা ;
উনীংদ্রবরা,
কাংখোং চাইরবা নরমদমসে
কন্নীংদ্রবরা,
মাইকৈ খুদিং মৈশা মৈৱায়রক্লবা
নঙগী নরমদম পোক্লফমসে ।

নুংঙাইবতনা থল্লবা
অৱাং অপা লৈত্রবা
পুন্সি মরেল থাদোক্লম
লৌমীগী অৱাবা কোকহনবীখি
ফাদোকশিংগী হক ফংহনবীখি,
মীয়ামগী য়াইফনবা হোৎনবদা
অৱাবা কোঙ্গায় খাঙখি
মীরোৎ ওইনা পুন্সি লেনখি ।

অদুবু লময়ানবা -
ঙসিদি নরমদমগী অঙম্বশিং
তায়োন্নরি মথৌদাংদা
ৱাক্ত-পাদ পাল্লিয়ে
খোঙ্গাই নীক্লা ফমলিয়ে,
তুংগী পোরম য়েংদমখে
তূমদনা মঙ মঙনরিয়ে,

নঙগী মীয়ামদি মীকপ্পরিয়ে
মপু পান্দ্রবগুন্নবা নরমদমসিদা ।

তম্বীররো অমুক্তা নহাক্লা
মকোক য়াওদ্রবা
তরঙদা খোঙথাংলিবা
লৈঙাক মপু শাবশিংসে
থবক্তা ওন্থোকপা নঙগী লৈঙাকলোন,
চীন্দগী খুৎনা হেনবা ।
কনবীররো নরমদমসে অমুক্তা
মথোং হুক্ত্রবা লৈঙাকলোনগী
খাঙঙমদ্রবা চৈথেঙ কয়াসিদগী,
খৌরাংলেনে নঙবু মীয়াম্না
লাক্লোগবা লময়ানবা নঙবু ।

* * * *

# কাউফদবা য়াৱা

শকউদবা নোংদম্বগী
খোইয়ুম শিন্থা তুংইন্না
তাইবং মালেম থকসিদা
মীওইবা মপোক্তা পোক্নুনা
চীংউ লাইবু লেঙদ খুদম ওই
লাইওইখ্রবা ইপা, ইপু, ইপুথৌ
লাইওইখ্রবী ইমা, ইবেন, ইবেম্থৌ,
পারোন পুরোন তরেৎকী
মীংলেন মীংখৈ শোন
খাম্বী মৈরা মাঙদা,
পুন্সি লৈপুন শেম,
তাইবং য়ুম্বাল পুন্সিদা,
তুংলমচৎকী য়াইফ খোঙদামিন্নরিবা
য়ুম্বুরেম্বা য়ুম্বুরেম্বী ওইবশিং
ৱাখল লমফৈ চৎফদে
ঈরাঙ পাৎতা খোঙদাফদে
য়ুম্বান পুন্সি তায়োন্নহনফদে ।
তাইবং শমু হকচাঙসে
চীংউ লাইগী খুভমনি
অকাউ পরৈ চনফদে ;
নুপী ওইবী খূদীংবু
পলেমগী শক্তমনি লৌরগা
নুপা ওইবা খূদীংবু
পম্বৌগী শকলোন্নি লৌরগা
পুন্সি শিন্থা পাঙলবা,
ওইগনি নুংঙাইবা ইমুং
শেমগনি অফবা মালেম
লাইওইখ্রবশিংগী পাউতাকনি
কাউফদ্রবা য়াৱানি ।

* * * *

## তাণ্ডবু তাণ্ডমন্দে

সনা কৈথেলদনি নোংমা
কোবিফুল লৈগে হংলুই
কিলোদা লুপা কুন,
কোবিলৈ অমুক হংলুই
কিলোদা লুপা কুম্লা
খংপ্রেক খণ্ডই মমলদু তাবদা ।
হব্রাই থরাক য়োনবী
ইমাদুদা অমুক ওনশিল্লি,
ইবেম্মা কিলোদা হুমফুনি
হব্রাইমুবীসিনা য়াংখৈনি
ইচাগী কয়া ওল্লুগে ?
কোন্না লৌজরগে ইমা
হায়রম্লগা ফৎ থোরকখি ।
লোক্লে য়োনবী অমদা হায়রুই
ইমা লোকলৈসে
লুপা তরাদংগী খাইবীয়ু,
অহুম মরী পায়রগা
ঐগী খাউদা থাদরকই
মী উরমগদ্রা ?
ইকায়না কোয়য়েঙ য়েংই ।
থব্রায় কৌবনিনা চানিংলুই
মোরোক অতেকপা তবোপ্লিদু
মোরোক য়োনবী ইমাদুদা
হায়রুই ১০ দা খাইবীয়ুবা,
কিলোদা আ য়ৌরে

করম হায়না খাইদোইনো
তথি তথি চৈরকই
শাওনিংবা মপা থোক্লুমাল্লে
ইকায়বনা মায় ঙাংলপ থোক্লককই ।
য়োংচাক য়োনবী ইচেম্মদা ওনশিল্লুই
য়াংখৈগী অহুম্নি পোংলপ খুন্নকই,
মরোই নাকুপ্পি অমুক হংলুই
ইবেম্মা মপুন অচৌবসিনা কুম্ত্রা
মচাশিংনা কুন্নি কয়া লৌদোইনো ?
মপুন মচাদুমা লৈরক্লে
খল্লি পূক্লীংদা তাঙজসনু
তন্দবা মীগী হুমাংমলনি ;
ইংখোল লৈতবনা লৈরগা চায়
ইংখোল লৈরবসু ইংখোল কোইদে ।
ঐখোয়গী ইংখোলসু
নাপীনা জগোই শাই
তেমপাক লৈতুম্না লৈতেং ওই,
লৈকাই হুই ময়ামগী
কৈনো তৌফম ওই,
লৌ ইংখোল মীরাইবৈ মহৈনি
হুমাং তানিংদবৈ চৈথেঙনি
মালেম ইমা লঙজরুবগী মহৈনি,
শুনিংদবশিংগী চৈরাক্লি
তাঙজসনু তাঙবু তাঙমন্দে ।

* * * *

# হোংখ্রবা শৈরোল

লাকখিবদো নোংমা ইনাক্তা
য়েন্নীংথাগী নীংথীবী অয়ুক্লা
নুংশি শৈরোলগা লোয়ননা,
তাজখীবনি থব্বায় তানা
শক্লখীবা নুংশি শৈরোলদো
নুংঙাই মণ্ডলান ঈপোমলক্তা ।

ব্রাখল লৈখিদমাল্লে নোংদম্বা
থৌশিল লানখিমাল্লে ইফমদা
নোক্কে খন্না কাখৎলুবা চীনবান
খোনজেল থোক্লিংঙৈ পিরাং পিরোইনরে,
য়েন্নীংথাগী নুংশি শৈরোলনা
নাকেম্থাগী কায়না ঈশৈ ওনখীবদা ।

* * * *

# লায়রবগী নোংলৈদা

চৈনা ফংলে
পুন্সি নৌর পামেলসে
লায়রবগী
কল্ল নোংলৈ শহুমদা ।

মাইকৈ খঙদ
পন্থুং খঙদ লম্মুক্লরে
থম্মোয় লৈরাং
লৈশাং তম্বা ঙমদরে ।

তুরোই ঙাল্লোই
নাল্ল পুন্সি লম্বীদা
চৎলি ঐনা
পিরাং খোঙলোয় ওইদুনা ।

থম্মোয় মৈচাক
থম্মোয়নুংদা লোত্তুনা
লেল্লি পুন্সি
নীংবা থুংদবগী মৈশারক্তা ।

মীৎয়েং খৃদীং
খোঙথাং খৃদীং পুন্সিগী
থৎলি মানা
চাউর পনবু ওইদুনা

ফুইনা হৌবা
ঐগী ব্রাখল নোংলৈ
শাফু কন্না য়ৈরি
পন্থুং কৈদ থিরি ।

* * * *

# লৈহৈদরে লমদমসে

বোম, নোংমৈনা মকে শেম্বা লম
ষ্ট্রাইকনা মকোন শাবা লম
বন্দনা চরোং চুম্বা লম
ব্লোকেডনা মকোক লোঙবা লম
বোয়কোটনা মথি ফোংবা লম
রেলিনা পরেং লেংবা লম
ৱাকৎ মীফমনা লৈতেংবা লম
লৈহৈদরে লমদমসে ।

নীংবা থুংদবা খরগীদমক
ওজানা মহৈরোয় তম্বীদ্র লম
ডাক্তরনা অনা লায়েংদ্র লম
লমশেংবনা লম শেংদ্র লম
ঈশিং লোয়শঙনা ঈশিং পীদ্র লম
মৈ লোয়শঙনা মৈ থাদ্র লম
লৈহৈদরে লমদমসে ।

লৈঙাক অনী থোকপা লম
কর-ফ্যুনা লৈঙাকপা লম
মীচম্মা কাংদ্রুম ওনবা লম,
নুপীগী ইকায়খুম্নবা ঙাকত্র লম
নুপাগী ইকায়খুম্নবা মাঙল লম
অশীবনা মরন্নাই তাজ লম,
ৱায়েম্বনা মনা পঙশিন্ন লম
অঙম্বনা মমিৎ তাঙশিন্ন লম
লৈহৈদরে লমদমসে ।

অহলনা উচি মখুল চঙবা লম
অঙাংনা মথি ফোংবা লম
হুরানবনা ফমজাউ কোনবা লম,
মীহাৎপনা মপু ওইবা লম
মীপাল তাঙজরগা পোঙজবা লম
হোত্রোং হোবা উক্রোংগী লম
লৈহৈদরে লমদমসে ।

ফমজাউ মুন্নবদা ইকায়দ্র লম
শেনজা থুমজানা লৈতেংবা লম
এইডসতা মাঙজিন থাবা লম
মীরমগী চৎনবীদা ঙাওজবা লম,
ঈরোল ঈয়েক মীরায়বা লম
ঈনাৎ ঈচৎ তুংওইন লম
লৈহৈদরে লমদমসে ।

* * * *

# কৈদৌঙৈনো ইমা

মালেম ইমা নুংশিবী
মোমোন মীনোক্তনা লৈতেংবী
নঙগী নীংথীবি শক্তমতবু
য়েকচগে খন্না পায়খৎলুবা তুরি,
খঙহৌদনা তাখরে ইখুত্তগী
অকীবা, অহৌবা বোমগী খোনজেলনা
তমথীরবা নোংমৈ মরুগী মখোলনা ।

মহৌশাগী ফজবতনা তিল্লবী
নঙগী নুংশিবী শক্লোনতবু
শৈথাজগে খন্না পায়খৎলুবা খোর্জে
তাখরে লৈমায়দা ইখুৎতগী
লান্না চৎখ্রবা নিউক্লিয়রগী চৈথেঙদা
মতিক লৈবশিংগী অঙম চাংয়েংদা ॥

নঙগী য়াইফ নপাউতবু
ইনিংনা ইজরুবা ঈশৈ ময়েকসে
শৈশকচগে খন্না খোংগৎলুবা
ঐগী হারমোনিয়মগী খোনজেল,
ঐগী শৈহেক্কী তাম্থা পুম্বা
নমহৎখরে মীকপখোলতনা ইমা
লেপহনখরে তেংথাখোলতনা ইমা ॥

তাকপিয়ু ইমা কৈদৌঙৈনো
য়েকচনিংবা নঙগী নীংথীবী শক্তম
য়েকচবা ঙমজগদবা ইনিংতম্মা
হায়বীয়ু ইমা কৈদৌঙৈনো,
নঙগী নুংশিবী শক্লোনবু শৈথাজবা
য়াইফ নপাউবু শৈশকচবা ঙম্বা
খৌরাংলেদকো ইমা নচানা ॥

* * * *

## মাঙফদ্রবা লন

ফজবা শক্তমসু মাঙখী
মাগী মতম্না লোইরকপদা ।
নীংথীবা ফীজোলসু থীজল্লকই
অমনবা হায়বদু ওইরকপদা ।
ফজবা পুম্বা, নীংথীবা পুম্বা
মাঙখীবা য়াই, ময়াই চমখীবা য়াই,
মৈগী, ঈশিংগী তমথীবা শক্লোন্দা
লূপখীবা য়াই মতমগী ঈরোম্নুংদা ।
ফজবা পূকচেল, ফজবা লীচৎ
থম্মোয়গী অশেঙবা নুংশিবা
মাঙফদ্রবা লন্নিকো মীওইবগী
কুইর কুইরগা মতীক লৈরকপা
কাউফদে মীওইবা কাউফদে ।

* * * *

# পোইরৈ ৱাংমগী ইরৈচাশিংদা

পুৱারীগী তাংকক ঈরোইন
মতমগী খোঙলোয় তুংইন্ন
পোইরৈ ৱাংমা লানখ্রবা
হিংনবগী লানফম কয়াদা,
ইরমদমগী ৱাংমদা লৈখ্রবা
ঐগী নুংশিরবা ইরৈচাশিং ;
শক্কা শক্কা উনদুনা
য়াৱা পাউমেন্নবা ঙমদ্রবসু
পুক্নীংগী ৱারোল ফাওঙমদ্রবসু,
পোইরৈ ৱাংমদগী য়ৌরকপা
নুংশিরবা নপাউ তাবদা
থম্মোয় অসে নুংওলহল্লে ।
লোনগীদমক, ময়েক্কীদমক
কয়াদা নুংনাংজরিবা
লাইনীং শীচৎ কায়দনবা
চৎনবী ইনাৎপু মাঙদনবা
কয়াদা ৱান হোৎনবিরিবা
ইরমদমগীদমক কয়াম ৱাজবা
তমজনিংঙাইনি থৌদাংদো ।
লাইরৈবাকসিদগী থোকখিবা
ঐগী নুংশিরবা ইরৈচাশিং
লোয়নশিল্লোনগী লৌবুক্তা কুম
লৈরাং চারা কয়া শেম,
লৈরাং লৈখোং শেম্মীন্ন
লৈকা ফন্না লৈশাংহন

শিঙ্থামিন্নসি পুন্না ইমাগীদমক ।
মাইকৈ শীন্না চৎনখ্রবসু
তোপ্লা তাম্ন লৈনখ্রবসু
নুংশি লীপুন্দি তৎনরোইসি ;
ঐখোয়' পোকপী পলেমগী
মোমোন্নবী মায়থোঙবু য়েংমিন্ন
ঐখোয় অমত্তনি তাক্লসি
ঈগী ঈচেল লেপহল্লোইসি ।

* * * *

# করি য়াইবু পুবনো

খোঙদগী তোন ফাওবা তু-চুংখি
মীহুন কায়খি, শ্বাই লাওখি
ঐগী ব্রাখল, পূক্লীং হকচাও
পূমসুম সুমখি, পূমনৌ নৌখি
নঙবু উরুবা মীকুপতুদা
করি য়াইবু পুবনো নঙবু ?

অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং
চাবা, থকপা, তুম্বা, হীপ্পা
পোখাদে লৈতাদে কঙাওনৈ
ইথন্তা ইকাইজৈ
থম্মোয়দা মিপাইজৈ
নঙবু খঙনরুবা মতুংসিদা
করি য়াইবু পুবনো নঙবু ?

উনিংবা, খঙনিংবা, লাংতক্লুবা
অমত্তা ওইরি, ঐবু ওৎলি
হৌখীবা, ওইরিবা, লাক্কদৌবা
পুক্সিগী খোঙথাং খল্লুবদা
পূমঙাও ঙাওই -
পম্বুংগী খৌরাংলকই
নঙবু থেংনরুবা মতুংসিদা ।

মালঙবসু, কোরৌসু, থাজসু
মরোল লোল্লি, মায়থোঙ য়াম্মী
লিক্লাসু, নোংজুসু, উল্লেনসু
ঈংহন্দে থম্মোয়সে
লৈতাহন্দে পূক্লীংসে
নঙবু নীংশিংবা মীকুপসিদা
করি য়াইবু পুবনো নঙবু ?

* * * *

# লাক্লবদা লাংবন থানা

লাংবন থানা লাকপদা
কপলক্লে থম্মোয়সে হীক্লা হীক্লা
নীংশিংলক্লে লাইওইথ্রবা পলেম পম্বৌ
হল্লক্লরোইদবা খোঙচত্তা চৎথ্রবা
কোরৌ নোংমদোনথক্তা ঙাম্বোইথ্রবা
ইপা-ইপু, ইপুথৌ
ইমা, ইবেন, ইবেম্বৌ
পাগী পারোল, পুগী পুরোল
লাইওইথ্রবা য়াইবী থবায় পূম্নমক ।
মালেমদা খোঙ্গুম্বীরকপা থা
লাংবন থানা লাকপসিদা
পঙনা পানবা তাইবংপানগী
নপারী নমোম অপঙবা ঐখোয়না
খূয়া খাদা চঙজরিয়ে ।
মীরমলেন লাইরমলেন তোপ্পা তামখিবনা
তাইবং মীরম্লেন থৌগায়না হেনখিবনা
কোরৌ নোংজা খুদিংদা
হৈকৎ লৈকৎ তমঙমদ্রবসু,
কুমজা খূদীং কায়ফদনা
লাংবন থানা লাকপসিদা
ঙমজবা হৈরাং লৈরাং, লাইজ ঈশিং
চেং-থোইদিং, তিংথৌ, তরা লুকলেন
তমজগেনে লাইওইথ্রবা খূয়াখাদা ।
শোয়ফদনা খোঙ্গুমবীরকউ মালেমদা
কৎচরিবা খরসে পায়মা পেন্না লৌবীয়ু
অরাম খৌরাং পুম্বা কোকপীয়ু ।

কুমজা মশিং য়ান্নকলেদা
তাইবং তরা চারখিদবা
লোইদাম মশিং থীঙমদ্রেদা
লাইজ ঈশীং থল্লখিদবা,
করম লেল্লিবা লাইরমলেন্দা
খঙঙমদরে নচা ননাই ঐখোয়না,
য়াইবী থৱায়-ও লাইওইখ্রবা
ঈংনা চীক্লা নুংঙাই য়াইফনা
পানবীয়ুকো লাইরমলেন্দা ।

* * * *

# ফীজোল হোংলসি ইমা

নুংশিবী ইমা মালেম লৈমা
অঙাঙ্‌বা চরৈ শেৎপীরনু
সুকপাম পামজদ্রে অঙাঙ্‌বা মচুসে
সুকয়েং য়েংনিংদ্রে অঙাঙ্‌বা ফীজোলসে ;
মীপাইজরে কিজরে নচাশিংনা
ঈরোম্নুংদা লুপহনপ্রসি লোয়না
অমুক হন্না শেৎলরোইসি ইমা
পকচদ্রে ইমাদা অঙাঙ্‌বসে ।

য়েংবীয়ু ইমা য়েংবীয়ুনে
ফজদ্রা শংবান্নবা চরৈসে
মেঙ্‌না ঈংলবা পূমনৌ নৌরবা
তমজরকপা খূদোলনিনে নচাশিংনা
নুংশিবী ইমা নঙগীদমক ;
কুমজা কয়াগী তুংসিদা
হোংলসি শংবান্নবা ফীজোলসে
পকচরনি ইমাদা থোইনা হেন্না ।

* * * *

# অহীংবী লাইরেম্বী

তাইবং পোকপা পম্থৌনা
তাইবং পোকপী পলেম্মা
পৃক্লীং পায়মা ঈতিন্ন,
তুংগী পোয়রৈ য়েং
নৈহৎপীরবা থব্বায় কয়াবু
কনগে খন্না শায়োল্লকপী
কোলোয় মিংলেন শর্মিলা,
ঐনা কৌজগে ইমা
অহীংবী লাইরেম্বী হায়না ॥

পৃম্নমক্না লাৎচফম ওইরিবী
মালেম শিন্না থকখা খোন্না
নৈহৎপীরবা থব্বায়শিংগী
শকতাক খুদম ওইদুনা
খোঙফম চেৎনা লেপ্পিবী,
থব্বায়গী মমল খঙঙু
খোম্থাং য়ৈনা লাউরিবী,
থব্বায়গী খেন্নবা লৈতনবা
থৌনা ফনা লেপলিবী
ঈচঙথৌবী, লানজংথৌবী
ইমাও তোমথিন ঙাল্লীবী
নঙদি পৃম্নমক্কী মমানি ॥

মীৎনা শঙশঙ উরিবী
মালেম্মা শঙলেন ওই
ঙাম্থোইরিবী ইমা
নতিক নয়াইনা

মালেম শীল্লবী
অহীংবী লাইরেম্বী
হীংদুনতা লৈরগদবী ইমা,
ইমা নঙগী নচা অপঙবা
ময়োন মপু পাংদুম তুমলি
নমোম ওইবী অমনদি
কন্না হৌদোকলিবদাই,
কংলৈ মপু শাবশিংসু
মনা পঙশিন্ন মমিৎ তাঙশিন্ন
নিংঙাইদনা য়াতারিয়ে ।।

তুমজসনু ইমা তুমজসনু
মখোয়গী মতমসু লাক্লনি ।
হৌদোকপদা ৱারিবা মখোয়সে
মথন্ত হৌগৎলক কোয়চেন চেন
ইমাগী খুয়াদা তুরনি,
ইমাবু মশক খঙলকপা
মতমদু লাক্লনি শোয়রোই ইমা ।।

মালেমগী ফিদম ওইরিবী
অখাঙকনবী, থম্মোয়চেৎপী
অহীংবী লাইরেম্বী ইমাও ;
ইমাগীদমক ঐখোয়সু
খৃত্তা খোর্জে পায়দুনা
ইমাগী খোঙজংনা মায়পাকপগী
নুংঙাইবা পাউদমদো তমজগে ।।

* * * *

# পুন্সি খোঙচত্তা

হুমজিনবীরকখি নোংলৈদো
শাফু কন্না অখাক-অরাও ইরোইননা
থম্মোয়গী তেংথাখোল
তিনখি অদুম্মক অহাঙবা মালঙদা মতোমতা
নমহৎপিখি অচুম্বা
খাক্লা খাক্লা নোকপা য়েক্লবগী মীনোক্লা ।

হাইগৎলকখি ফীজঙদো
উৎপীরকই লৌনম মীনোক, তৌশিন্নবা পিরাং
তুং ইল্লুরি হকচাঙসিনা,
পম্লুং খঙদ তুরোই ঙাম্লোই খোঙথাংদা
কপচহৌই পোলোয়দা,
উপায় লৈত থম্মোয় শোক্লা মতোমতা ।

পূনশীল্লি অমুকসু
নৈহৎপীরবা উপাইলৈত্র থব্রায় ময়াম
ফম্মীন্নে য়াকাবুঙদা
অমুক নোক অমুক কপ সুকলেপ লেপ্তু
তংমিন্নে পূন্না
অখাবা, অয়াকপা, অথুম্বা পুন্সিগী মহাও ।

খুমজিনখিবনি চেনা
মতমগী ঈচেলবু থীংঙমদ কনানসু
হৌখ্রবা থৌদোকশিং,
মশেন মরাং মঙলানগুম অমুক খুনগৎ
ওইহৌরি মসিনা
পুন্সি শক্তম, মীওইবগী পুন্সি খোঙচত্তা ।

* * * *

# ইমা নঙগীদমক্লি

নুংশিবী ইমা পোক্লফম
পোইরৈ সনা লৈময়োন
লাইগী লৈবাক লাইরৈবাক,
থব্রায়দগীসু হেন্না নুংশিবী
হকচাঙদগীসু হেন্না পাম্মুবী
নঙমুক নুংশিবা নঙমুক পাম্মুবা
মালেমদা অমা লৈত্রবী,
নশাইকোন্দা পোকচরকপা
নতম্বাক্তা চাউজরকপা
কৎচরবনি পুন্সি নফমদা ।
ইমাগী খোল্লাং ঈরীক্লা
নব্রা পিবুক থলহল্লকপা
তরা চাকইন তম্বীদুনা
শামা পাঙ্গল ফাহল্লকপা,
হৈনা খোঙথাং তম্বীদুনা
পুন্সি শক্তম শেম্বীরকপা,
নব্রা শৈরোল তাকপীদুনা
পুন্সি শৈরোল তম্বীরকপা
ইমা নঙনি নুংশিবী ।
ঐগী হকচাঙ কয়াৎনুংদা
শীংলি নাওরি পুম্বদা
চেল্লিবা ঈগী ঈচেলসে
ইমা নঙগীদমক্লিনে,
হুল্লিবা মিহুনগী তাম্থাসিসু
নুংশিবী ইমা নঙগীদমক্লি ।
নচানা শোল্লিবা লাইশোলসিসু
ইমাগী মিংথৈ ঙাক্তনি,
ইরিবা ঈশৈগী ময়েকসিসু
শক্লিবা ঈশৈগী তাম্থাসিসু

ইমা নঙগী য়াইফ পাউজেলনি,
শারিবা জগোয়গী শাথেকসিসু
ইমা নঙগী নীংথীবী শক্তমনি
পূম্নমকসে নঙগীদমক্তি ইমা ।
ইমাগী শক্তম ঙাকপদা
অন্নাবা লীশিং মায়োক্লবদা
পুক্নিগী নুংঙাইবা শকচগে,
নঙবু মোমোন নোকহন্ননা
খোন্নাং লমন শিংজগে,
নঙগী নীংতম ঙাকপদা
থন্নায়না পোন্থা ওইখ্রসু
পোকপগী মহে য়ানজগে
শিন্থাজগে ইমা নঙগীদমক ।
পোকচগে লীশিং লীশিংলক
নুংশিবী ইমা নঙগী তম্পাক্তা
লোইনাইদ্রবা মপোক লাংওন্দা ।
লঙজবা ইরালগী চৈথেঙনা
করিগুম্বদা তাইবং মপোক
ফংঙমদ্রবসু ইমা নচানা,
পোন্বী চেক্লা লাংওন্দা
শীঙেল লৈরাং মপোক্তা
নক্লগা, থন্নায় পানবা অমগী
মপোক লাংওন্দা ওইরসু
নতমবাক্তা নাওকোনবীয়ুকো ইমা ।
পামজরুদে কনাগী তমপাকপু নচানা
মিহৌরুদে কনাবুসু ইমা নত্তনা ।

* * * *

# চঙশীনশি মাঙলোমদা

হিংবগী মহাও য়াওনা
থবায়গী মমল খঙনা
ইশক ইমীং থোক্লা
হিংবগী পম্বুং তাল্লিবা
চাওখৎ লমজেল য়াওরীবা
তুংগী য়ুম্বীরেল ওইবশা !
চৎলু চঙশীনশি মাঙলোমদা
লেঙফদ্রবা পম্বুং য়ৌদ্রিফাও
কীগনু, নীংহন্নগনু, লেপকনু ।

ফাক্কৎসি পুৱারী চেনাশিং
য়েংখৎসি অদুঙৈগী লীক্লমশিং
নৈনসি ঐখোয় পুন্না
ঙরাং, ঙসি, হয়েংগী
শক্তম পূন্না লাক্কুনা,
লাকচসনু য়েক্ক তিংখং
মায়ওন্দুনা চৎফরোই ।

ইপালাই ইপুলাই থিগৎসি
পুয়া লীক্লম ফাক্কৎসি
ঈনাৎ ঈচৎ হীংহনসি
ঈরোল ঈয়েক য়োকখৎসি
ঈগী ঈরম থীগৎসি
খুন্নাই শক্তম ঙাকসি
চৎলু চঙশীনশি মাঙলোমদা ।

* * * *

## ইরৈসিদা

নুংশিবা মহাক্কী
কল্লবা ইরৈসিদা
পূল্লাক লাকশিনখ্রে
ঐগী থব্বায় হকচাঙসে ।
ঙমগনি থাজদ্রে
নাম্থোরকপা ইরৈসিদগী
লৈশিনখ্রে উরু-রু
লেঙ-ওৎপা ঙমদবমখৈ
অরেম্বদা তাখ্রে
নাম্থোক্কে কন্না হোৎনরুবা ।

* * * *

# তমখিসি হান্না

তমখিসি ঐখোয় হান্না
খোঙথাং চুন্না থাংবা
তুরোই ঙাম্লোই চেনখীরোইসি
খুদি থীদনবা অরেম্বদা ।

শিন্দমলোই হান্না ওইখিসি
থৌগল্লোনসু মশক খঙখিসি
লৌশিং মপূং ফারগা
কোন্না ওইসি শিন্তাকলোই ।

ঐ হান্না খঙখিসি
খঙলক্কনি তুংদা ঐখোয়
খেন্নবা লৈরক্লোই থবায়শিং
নুংশি লীপুন্না পুল্লক্কনি ।

* * * *

# খুকউ শেলহৌসি

ঈশীৎলুই
ঙা লৈরমদে ।
লোং খোল্লুই
চরা ফাঙমদে ।
শীঙ চল্লুই
কোকথোঙ ফাঙমদে ।
লৌ উরুই
ফৌ হাপঙমদে ।
তওৎ তমংসু
মখোল থোকখিদ্রে ।
মীদা মঙাইরে
মরাঙ কায়রিবা ।
লৈবাক মচাশা !
খুকউ শেলহৌসি ।
থৌদাং চাউবশা
কোক থাদহৌসি ।

* * * *

# কৈদৌঙৈ লাক্কনি

মীরেপ্না ভোটর লৈদ্রবা মতম
ভোটরনা ভোট য়োন্দ্রবা মতম,
শক্তিনা ভোট হুদ্রবা মতম
নিশাগা ভোটকা খায়নবা মতম,
হীংশাগা ভোটকা য়েংথীনবা মতম
নুংশিবনা অচুম্বা, অফববু ওকপা মতম,
ৱাখল, পূক্লীং হকচাঙ তিঙ থোক্লবা মতম
অফবা অশেঙবা মীহুৎ থাঙম্বা মতম,
ঈশাগী হক্লা মোমোন নোকপা মতম
কৈদৌঙৈ লাক্কনি অদুগুম্বা মতম ।

* * * *

# পোন্নুংগী চেক্লা

পীক্লবা ৱাখলগী পল্লোন্নুংদা
খুরবা মীৎয়েংগী পংখৈনুংদা
পোন্নুংগী চেক্লাসে নুংশিদরা
কনাদা লানখ্রবগে চেক্লাচাসে ?

অহাংবা মালঙগী ঈপোল্লক্তা
তুফাং খপ্পা মপাঙলক্তা
পাইনীংনা পাইজবা ঙমদ্রিবসে
করম্বা মরালগী চৈরাকনোসিবু ?

ফোঙ্ঙমদ্রবা পেন্দ্রবা ৱারোল কয়া
লৈরমগনি মাগীসু থম্মোয়নুংদা
খঙবীনবা উবীনবা কনা লৈত
নাথৈহল্লগদ্রা মাগী পুন্সি শক্তম ?

* * * *

# করি ওইহৌনি

শকউদবা ইবুংঙো
শক্লাইদবা মপুও
উদবরা নঙদি,
অরাম্বতনা থল্লবা
মীওইবগী পুকচেলসে
অচুম্বা হায়বদো
তাকপীররোইদরা নঙনা ?

খঙদবরা নঙদি
নঙগী নুংশি পাউজেলবু
তুংওইননা থল্লগা
থব্রায় মশেল ওৎনরিবসে,
লেপহল্লরোইদরা নঙনা
নুংশিবা হায়বদো
তম্বীররোইদরা নঙনা ?

নঙনা শেম্বা মালেমদা
নঙগী খুৎশেম তাইবংদা
নঙগী খূদোল মীওইবনি,
নঙনা থাখিবা শিন্থানি
শিন্থা-শিল্লম কায়হল্লগেরা
নতিক নয়াই মাঙহল্লগেরা
মালেমসিদি করি ওইহৌনি ?

* * * *

# ইথৌদাং

কুহু কুহু খোনজেলদা
তাইবং থম্মোয় শুল্লদুনা
ঐনি তাকচৈ পোঙজনা
খোন্নৌবী কোকিল চেক্লানা ।

ক্বাক ক্বাক খোংলদুনা
ঐনি তাকচৈ মনিংতম্না
খোনজেল য়াকপী চেক্লাসিসু
তাইবংগী মীচৈ নাচুংবীদে ।

নাহে খোনজেলনা পীয়ু পীয়ু
মকুনা য়েল্লি মপুগী মপাউ
নপা চাও নপু চাও
তাইবংগী মীচৈ নাথৈদুনা ।

মোমো খোংই কাওরেন ষন
মবুক লাম্লসু, ঈশিং খৌরাংলসু
মচা কায়নরসু, থীনা ফুবীরসু
নোংমতা খোংদে অতোপ্পা খোনজেলদা ।

কুমগী নোংহৌ কৌরদুনা
গোগো গোগো শৈশক্তা
হঙোই কৌবীনা শকতাকচৈ
নুংশিদ্রা থবাই পানবশিংসে ।

ঐনা ঐবু শকতাকলসি
ইমালোলবু পোঙনা ঙাঙ্জবা
ইরোলবু ঈয়েক্লা ফোঙদোকচবা
ইথৌদাংনি মীওইবা মপোক্কী ।

* * * *

# ঙাইরি

সুক্ল মন্ন অহীংসিদা
ইদোম তুমিন ফমদুনা
মীৎলু পিরাং ঈহৌনা
ঙাইরি ঐদি খৌরাংনা ;
ঈখেঙ মচু ওনখ্রবা
শক্তম কায়র ঈপাকসিনা
অদুঙৈগী ঈংনা নীংথীবী
লাইজ ঈপাক ওল্লকপদো ।।

# ঋাকং মীফম

পিখম্নগ্রবা থৱায়শিং
মোংফমথক্তা পুলহৌরি
অশেন্বা মরাল য়ানিংদে
থম্মোয় শোক্লা কপহৌরি ;
ঋাকং মীফম ফমহৌরি
মশেক মঙাল মাঙগ্রবা
অহীংসিগী অমম্বদা ।।

ক্যামপোক লমজাও নুংশিবী
থম্মোয় শোক্লা তেংথাহৌরি
জেশামিনা নিংদোন পোমহৌরি
ওমখৈ শম্বল ময়াম্না,
ঋাকং মীফম ফমহৌরি
উবীনবা খঙবীনবা লৈতনা
নক্লা তামগ্রবা চিদায়দা ।।

মীত্তাঙবগী ঋায়েন্দা
নাপঙবগী লৈঙাক্তা
অশী-অচঙ য়ান্নরবা
মিপাইরবা থৱায় ময়াম,
ঋাকং মীফম ফমহৌরি
মঙদা মোন্দ্রঙ শান্নরিবা
অঙম্বশিংগী থোজান্দা ।।

* * * *

# হেদো নাহে চন্দ্রিঙৈ

মীৎলু পিরাং ঈপোমহৌনা
মালেমথক্তা ওন্ন-খোইনা
অয়ো চৈনা খাঙলিবীসে
হায়য়ুনে ঐখোয়গী কনানো ?

য়েংউনে শমু হকচাঙসে
অৱা হুঈজোং লাংলিবসে,
মিহুনগী তাম্থাদি লৈরিয়ে
ঈগী ঈচেলসু মাঙদরি ।।

অহীংমকসু ওইদ্রিনা
কোরৌ মঙালসু লৈরিনা
করিগী নিংঙাইদ লৈথোক্লিবা
কনা লৈত্রবীগুম থল্লিবা ।।

খুৎহৈবা নখোয়বু তাবরা
খোঙলৈ খরা থুরসি
মতম মানা লৈরিঙৈ
লায়েং শিন্থা পাঙলসি ।।

খোম্লাং লম্মন শিংলসি
ইরমদমদগী হেন্ববু
মালেমদা করি লৈরিবগে
মীওইনা পোকপা মপোক্তা ।।

* * * *

# শক্তাক্লসি

লাক্লো ইচিন ইনাওশা
পোইরৈ সনা লৈময়োনগী
মাইকৈ ফাংনা চৎখ্রবা,
ঈগী ঈরী ওইবশা
শক্তাক্লসি ঐখোয় অমত্তনি ॥

হোজায়, কাছার, শিবসাগর
শিলোং, ত্রিপুরা, বাংলাদেশ
ইচিন-ইনাও শকখঙনরুসি,
থম্মোয় মরী চেৎহল্লুসি
নুংশি ঈরী ঈশল্লুসি ॥

কৌব্রু চীংজাও কারুশি
হুইকপ চীংশাং কোয়মিন্নসি
অঙ্গো চীংশাং য়েংমিন্নসি,
তমগী নুংশিবা খোঞ্জেল্লক্তা
চীংগী খোন্থাংনা নীলহল্লুসি ॥

বরাক ঈচেল য়েংমিন্নসি
খোর্দাক ঈচিনসু য়ৌমিন্নসি
নিংথি তুরেল লুপমিন্নসি,
চীঙ্গোই বারুনি ঈরুপ্লুসি
কংলা লাইফমলেন খুরুমলুসি ॥

কংনাইদ্রবা ঈগী ঈচেলসে
লোইনাইদনা চেন্থসনু
ঈহৌফমসু অমত্তনি
ঈতিনফমসু পূনখিগনি
মালেম শীন্না খঙহল্লসি ॥

* * * *

# ঙাম্লিবা মৈরাসে

ইমাশিংগী খুত্তা
ঙাম্লিবা মৈরাসে
ঙানখিসনু মায়ওন চুম্না
মতমচুপ্লদা
মচাশীংগীদমক ॥

চাকখীসনু হাইনা হুম্না
মতীং লৈনা মৈরাসে
মৈরাগী মঙাল মাঙদনা
খুৎপায় চেৎখিসনু
ইরমদমগীদমক ॥

মীপাইজে থম্মোয়সে
করীগুম্বদা মৈরাসিনা
নোংলৈগী শহুমদা মুৎশ্রবা
খুন্নাইসিগী মরাইবক্লা
কদোমদনো ?

* * * *

# চাক্লীবা ওইরুনবা নত্তে

ঐদি চাক্লীবা নত্তে
চাক্লীবগী সমাজ শেমনিংদে ।

পলেমগী পীবুক্লুংদগী
তাইবং মালেম ফাওরকপদা,
মপু মানা পীবীরকপা
শিদয়াই নাদয়াই খূদোল,
খূৎপায় চেৎনা পায়দুনা
খূত্তুম শীঙনা লাকখীবা ;
মীওইবা ঐগী মপোকসে
চাক্লীবা ওইরুনবা নত্তে
মীপান তাংলুনবা নত্তে
মীখা পোল্লুনবা নত্তে ॥

* * * *

# মুখৎলগে ইখুৎসিনা

খূনা মল্লবা কানুংসিগী
লৈকাঙ চারবা ফল্লাঙসিনা
শক্তম তাক্লি ইমা নঙগী
মনীং তল্লিবা মৈখুরক্তা ॥

চরা অমগী লাম্থেংদা
পুন্সি শক্তম ওল্লবী
নঙসে ঐগী ইমানি
লায়র চৈথেঙ নংলবী ॥

নোংজু চৈথেঙ কিজবী
নোংলৈ শহুম মিপাইবী
নঙসে ঐগী ইমানি
নিংথম উল্লেন খাঙলিবী ॥

লেপ্লে খোঙফম চেৎনা
ইমা নঙগীদমক্তা
ইখূৎসিনা মূখৎলগে
লায়রবীগী মিংথোলসে ॥

* * * *

# নীংঙোল মপোক

নুংশিদ্রা নীংঙোল মপোকসে
অনৌবা পুন্সিগী খোঙচত্তা
নীংঙোলগী মিংথোল্লসু হোংখ্রনি
য়ুম্নাক শাগৈসু ওনখ্রনি ।।

চৎনবী লীপুন অকনবনা
পম্থৌ শঙ্গায়বু তুংওইনরনি
নুংশিবা ইয়ুম শাইগোনসে
ঈপাম লমদম ওইহৌরনি ।।

থাবুম তরা নাউপুবী
পলেম মাবু থাদোক্লম
অনৌবা পলেমগী তম্পাক্তা
নৌনা নাওথী শারুরনি ।।

শকখঙদবা মদাইকা
নীংঙোল লাইবক লেপ্লুনি
পিরাংলা মীনোক্লা তমঙমদে
পুন্সি শিন্থাদি পাঙলুনি ।।

* * * *

# মৈরানবী

মৈরানবীনি ঐদি নওগী নুংশি মৈরিদা
কিরুদেনে মৈশা মিহৌরুরে নওতবু
নুংশিরুরে নওবু লাৎচরুরে থম্মোয়দা ॥

মৈরি মৈশা য়াওরী খওনা খওনা নকলুরে
ননাক্তগী অমুক লাপথোকপসু ওমদরে
নওগী নুংশি লীপুল্সিনা চেৎনা পুনখরে ॥

কৎচখ্রবা ঐগী থব্রায় হকচাং পুন্বসে
চাকখ্রসনু তুম্না নওগী নুংশি মৈরিদা
নিংজরকপা ঐগী লাইনীং মপুং ফাজগে ॥

* * * *

## ইমা লৈবাক

নীংথীজৈ ফজেদা ইমা লৈবাক
পোক্লফম লমদম নুংশিরবী
পোইরৈ সনাদি লৈময়োন
লাইগী লৈবাক লাইরৈবাক
মালেমদা তোমথিন ঙানবীনি ॥

কৌব্রু, মারজিং, থাংজিং
নোংমাইচীং, লাইমতোন ফৌরুওহনবা
চীংজাও লাইফম্না মাইকৈ ঙাক্লিবী
হৃইকপ, খেনজোই, শিরোই, লাঙ্গোল
চীংশাং কয়ানা পল্লোন খারিবী ॥

ইম্ফাল, নম্বুল, থৌবাল, ঈরীল
তুবেল কযানা লীক্লাং থোল্লিবী
লোক্তাক, পুমলেন, য়ারল, লৌকোয়পাৎ
লাইজ ঈপাক্লা মীংশেল ওইবিবী
নীংথীজৈ ফজেদা ইমা লৈবাক ॥

কংলা মোংবহনবা পুকৃকশৌবী
লাইফম কয়ানা লৈতেংলিবী
চীংজুম লাইজনা ঈচেল নাইরিবী
অশঙবা চরৈ থোল্লিবী ইমা
নীংথীজৈ ফজেদা ইমা লৈবাক ॥

* * *



# ইমাখোল পন্নীকেসন্সনা পুথোকখ্রবা লাইরিকশিং

| সে:নং: | লাইরিক্কী মমিং | মখল | অইবা/অইবী | ফোঙবা তাং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | মৈরাপরেংগী থাওমৈ | (শৈরেং) | লৈশাংথেম ইবোয়াইমা | ১৬/১০/০৩ |
| ২। | মঙলঅমত্তং | (শৈরেং) | শগোলসেম বিলাশিনি | ২৩/০২/০৪ |
| ৩। | ঙনুথঙোংনা পাইখ্রবদা | (ৱারিমচা) | জাতিশ্বর সৌবাম | ০৩/১০/০৪ |
| ৪। | ইমাগী খোঞ্জেল | (শৈরেং) | (এন্থ্রেলোজি) | ০৩/১০/০৪ |
| ৫। | মৌষ্ট্রাইক | (প্লে) | শগোলশেম মোহেন্দ্রো | ০৩/১০/০৪ |
| ৬। | লৈবগে কদায়দা | (শৈরেং) | রাজেন খুমুকচম | ২১/১১/০৪ |
| ৭। | Entrepreneurship Development | (Gd. Bk) | R.K.Gunachandra | 11/04/05 |
| ৮। | নুংশি শক্তম | (শৈরেং) | ৱারিবম মৈনো সিংহ | ১২/০৬/০৫ |
| ৯। | মচুমচুগী সংসার | (ৱারীমচা) | রাজেন খুমুকচম | ০১/০৯/০৫ |
| ১০। | হৈরাং লৈরাং চিংগী লৈসিরঙন | (প্লে) | হিজম শান্তিবালা দেবী | ০১/০১/০৬ |
| ১১। | লান খাম্মু ইমা | (শৈরেং) | তেঞ্জম সরোজিনী চনু | ১৪/০১/০৬ |
| ১২। | লৈচন | (শৈরেং) | বাবুধন চিংঙ্খম | ০৪/০৬/০৬ |
| ১৩। | তেংথারোল | (শৈরেং) | জে:এস: কোন্সম | ০২/০৭/০৬ |
| ১৪। | অমুবা ফিগী আনোক | (ৱারীমচা) | জে:এস: কোন্সম | ০৮/১০/০৬ |
| ১৫. | অচৌইবা লৈ | (শৈরেং) | জে: এস: কোন্সম | জুন, ২০০৭ |
| ১৬. | তুখ্রেন্দনা উজাওসে | (শৈরেং) | জে: এস: কোন্সম | আগষ্ট, ২০০৭ |
| ১৭. | ইমাগী চামচ | (শৈরেং) | আর: কে: গুণচন্দ্র | ২১/৯/২০০৭ |
| ১৮. | নিঙোল তেংথা | (শৈরেং) | এল: কিরনবালা | ১৩/৯/২০০৮ |
| ১৯. | পুক্নিংগী চেইরোল | (পাউরৌ পাউতাক) | আর: কে: গুণচন্দ্র | ১৩/৯/২০০৮ |
| ২০. | থৌনাগী মঙালদা মীনোক অমা | (ৱারী মচা) | বাবুধন চীঙখম | সেপ্তেম্বর, ২০০৮ |
| ২১. | লৈ মচা মচা | (শৈরেং) | জে: এস: কোন্সম | সেপ্তেম্বর, ২০০৮ |
| ২২. | খোমজিনবা ৱারী মচা | (ৱারী মচা) | (এন্থ্রেলোজি) | ২৩/৮/২০০৯ |
| ২৩. | নুপীমচা মরি অমসুং নিংথৌ | (ফুঙ্গা ৱারী) | কেঃ ঐচঃ ইবেতোন | ২৩/৮/২০০৯ |
| ২৪. | পাউখোঙ শিংজুমখেল অমা | (পাউখোঙ) | কেশো সিংহ ইরেংবা | ওক্টোবর, ২০০৯ |
| ২৫. | লৈদো শাংখিদো | (শৈরেং) | জে: এস: কোন্সম | ওক্টোবর, ২০০৯ |

# অইবীগী শক্তাক ৱারোল



মিংঃ- আরঃকেঃ সনাহনবী (লীকখোম্বী) চনু
লৈফম ঃ- লুৱাংশংবম মখা লৈকাই, ইম্ফাল,
অপোকপগী মিংঃ- আরঃকেঃ চীংলেনসনা সিংহ
অপোকপীগী মিংঃ- ঁ মংশাতাবম নীংঙোল
আরঃকেঃ ওংবী পিশক শীজ
পোকপগী চহী ঃ- ১/২/১৯৬২
মহৈগী থাক ঃ- সাইন্স গ্রেজুয়েট
শিনফম ঃ- ওজা

## পল্লীসর ওইখীবশিংঃ-

১। লাংওল লাংতাই (শৈরেং)
(মীতৈময়েক অমসুংবেঙ্গলী ময়েক্তা পুন্না) — চৈচৎ ১৯৯২

২। মশামক্কা ইজবা লৈবাক নীংবা ১সুং
মতম ঈশৈ পুন্না ঈশৈ তরেৎ য়াওবা
মীতৈলোনগী ওডিও সি. ডি. কেসেট অমা — চৈচৎ ২০০৯

## ফোঙলবা লাইরিক ঃ-

ফীজোল হোংলসি ইমা (শৈরেং) — চৈচৎ ২০১০

## য়াওরীবা লুপ ঃ-

১। ইমাখোল (লাইফ মেম্বর)
২। পেত্রিওটিক রাইটর্স ফোরম (মেম্বর)
৩। ইপাক ফিলম প্রডক্সন (মেম্বর)
৪। ইপাক (সব-ইডিটর)